# বাহৌদোক

হখুবাক খুন্নমলোন্দগী ইপু শন্মনবনা ইবা মথং কৌবা লাইহৈরিক্তগীনি। তাইবঙ পানবগী মপুগী খুম্না ভাংজৌ খাদা, খুবাক চাংজৌ ভরা, ইদু কায়না-লিশিংনা শম্লাং লাখানা হম্না হম্না পুনেমজরি।

ঐ কৌবা মহাক্কী নত্তিক নয়াই অচৌবা লাকঙম ফাঙমত্রবা মপান নাইত্রবা থৌরম কয়াগী মন্নুংদগী তাইবঙমী শন্দোকপগী ইপা ইপু লাইশিংনা ইদুনা থম্বিরম্বা লাইরিক্তগী ইথোকচবদা খুংলৌ পনলৌবা পীবিগন্নু।

ঐ কৌবা মহাক্না অহানবদা কোরৌ, মালেম (পৃথিবী) থা, সুমিৎ, মুংশিৎ, ঈশিং, মৈ, থবাইমিচাক, খোমজোমনুপী, শজিক, থাবা, সুমিৎ চয়োল তরেৎ, অচৎপা, চত্তবা, নিংশা হোনবা, হোন্দবা, চীং, তুরেন, উপাল, রাপাল, মথল মশীং কোটি কোটি পুথোকলে।

মথংদা থরায় পানবা অচৎপা চত্তবা পুম্নমক্কী চানবা মহাও তিম্নদবা মথল তরেৎ— অখাবগী মথল চামনিপাল, অথুম্বগী মথল চামনিপাল, অয়াকপগী মথল চামনিপাল, অশিনবা মথল চাম-নিপাল; ওইনম্বা মথল চামনিপাল, অফকপা মথল চামনিপাল, মচুগী মথল তরেৎ অমা— অমুবা মচুগী মথল চামনিপাল, অঙৌবা মচুগী মথল চামনিপাল, অঙাঙবা মচুগী মথল চামনিপাল, অলংবা

মচুগী মখল চামনিপাল, নাপু মচুগী মখল চামনিপাল, অরাংবা মচু মখল চামনিপাল পুথোকলে।

মখংদা কোরৌ মালেম পুননবা মখল তরুক, (১) অঙেনবা মখল (২) অশাংবা মখল (৩) অকুপ্পা মখল (৪) অপৌবা মখল (৫) অনেম্বা মখল (৬) অরাংবা মখলগা লোয়নননা কোরৌগী লাই কোটি কুম্ভ্রাহুমদোই, মালেম অনেম্বগী লাইমি কোটি কুম্ভ্রাহুমদোই মায়কৈ ঙাকপা লাই মরি, শুংদাই, ঙাকপা লাই মরি, লাই নিপাল পুথোক্লে।

মথং মথং পুথোক্লকপনা থরাই পানবা পুন্নমকী হিংনবা পোৎ, শেৎনবা পোৎ শুনা পুথোকপা লোইরবদা ঐ কোবা খাবা লমকেৎপা অমায় লমথোইবা শিদবা অহুমগী থোংনাং লাইজিং ফম্বা থমলৈ মিমুং কোনগী থোগাও ঙম্বা লাই পুন্নমক্তগী অথোই-বনা ভাইবঙ মা শন্দোক্লগে নীংচুনা চীংকু কোবা চীংগী মথক অতেম্বা ফজবা মফমদা লৈমরেলগা লোয়নননা খোয়রি য়োইপান্দবা মিংথৈরেন থোম্না লাংওল্লে।

মৈতিংঙু খোয়য়ি য়োইপান্দবনা লাংওনলিবা মফম অসিগী মমিং লাইগী লোন্দা থাবুং কোবা মীগী লোন্দা চীংফু কোবা মফমদা লৈমরেল শিদবী লাইশংরেল অহানবী ঙাঙদনা তরং, তরংবী য়াংলৌ কৈজেং কাবী লৈমরেলগা, মৈতিংঙু খোয়রি য়োই-পান্দবা লাইনিংথৌগা অনিনা কাওজয়না হায়রিবা লোন অসি মীগী লোন্দদি লুহোংবা হায়বনি। লাইনিংথৌ লৈমরেল অনিনা থাবুংদা লাইগী চহিদা (৫,৩৫,৫৮,৮৫,৫৯১) বৃন্দ মঙা, কোটি কুম্ভ্রামঙা লক্ষ য়াথেনিপাল, লিশিং মরিফুমঙা, চামঙা মরিফুতরামাথোই পানখি।

লাইনিংথৌ লৈমরেল অনিনা পানবা চহি কোটি করাগী তুংদা মপারী অহুম, মামোম অমা কুইরে হাল্লবা লোন্দি মচান্নুপা অহুম মচান্নুপী অমগা পোকলে হায়বনি। লাইনিংথৌ, লৈমরেল অনিনা খাবুংদা পানবা লাইগী চহিদা বৃন্দ অহুম, কোটি নিফুগা, শুপ্নগী য়াথৈভরুক শুবা চহিগী মতমদা ঐ কৌবা তাইবঙ-পানবগী মপুনা থুপ্তুনা থম্বা মপী ময়েক খরাইদগী হানবা ইপাগী ময়েক মঙা খরাইদগী হানবী ইমাগী ময়েক মঙা, পোক্ল-লম্বীগী ময়েক মঙা ময়েক তরামঙাগী মমি ওইবা ময়েক অমগা পূল্লা ময়েক তরাতরুক অসি স্নাগী কাখল সুংদগী পুথোকপদা ময়েক তরা তরুকপু ইখিবা লাইগী মিংথৈদি, লাইখায় হেনবা, লাইখায় হেনবী, শাংথুরেম্বা কৌবা অহুল্লা ইখিবা মপী ময়েক তরুক অসি কোরৌ, মালেম ( পৃথিবী ) শীনবা থংনা ইবা হৌখিবা চহি কুম-শীংদি, হৈম্নিচক ( সত্য ) হয়াচক ( ত্রেতা ) লাংবচক ( দ্বাপুর ) কোম্নচক ( কলি ) যুগ, চক মরিনা ওম্না ওম্না ওইরকপা চক ( যুগ ) কুনগা নিপাল শুরকপা কোম্না চক ( কলি যুগ ) কী লোইরকপা তাংকক্তা চহি বৃন্দ অমা, কোটি মরিফুতরামঙা, লাখ য়াথৈনিপাল, লিশিং মরিফুমঙা, চামঙা, কুন্থ্রামঙা শুরবা মপী ময়েক তরাতরুক্কি—ময়েক পুথোক্তুনা ময়েকপু ইবা মতমদা খাদগী লাই সুপা অমা লাংওন্দুনা মালেমদা থংলরে, সুমিংতগী লাই সুপী অমা লাংওন্দুনা মালেমদা থংলরে। মতাং অসিদা য়াহৌদোকী ইরম্বা, ইবা লোইজরে।

---

# হীরম লামায়

# তাইবঙ মী পোকপা অঙ্কসুং শিবা

## তাইবঙ মী শন্দোকপা

### অহানবা চেপ্টর

খাবুংদা পানবা লাইনিংথৌ খোয়রি য়োইপান্দব, লৈমংরল য়াংলৌ কবি অনিনা পোকপা মপারী মচাপুপা অহংমী অপুনবা মমিংনা মংশক কোয়ে। মচা অহমদা লাইনিংথোনা য়াথং পীবিরে, পারী নখোয় অহুন্না ভোগদবা থবক শিল্লাদি মালেম পৃথিবী অসি মাঙ, তুং, ময়াই অহুম অসিদা তাইবঙমী শন্দোকদবনি হায়বা লাইনিংথৌগী অথুপ্পা খোঙ্থোরা অকনবা য়াথং পীবিখ্রে।

লাইনিংথৌনা য়াথং পীরবা তুংদা মপারী অহল লাইগী লোন্দা তুরুং কৌবা, মীগী লোন্দা নোংদময়েল ভমহৈবা কৌবা, মপারী মচাপুপা অহলদা উমংলোন, মাপল, য়াথমলোন মাপলগা লোয়ননা মমাঙ (নোংপোক) লোমদা তাইবঙ মী শন্দোকলু হায়বা য়াথং পীরবদা মপারী অহলনা লাইনিংথৌগী ভাংলোথাদা খুবাক চাংজৌ তরানা ইহুং কায়না লিশিংদা "অমলাং লাথানা পুনেমজরগা নোংপোক মায়কৈ পাংনা চংখ্রে।

লাইনিংথৌনা মপারী মথং অনিশুবা লাইগী লোলদা শন্না হিংথুপ্নু কৌবা, মীরোন্দা (মীগী লোন্দা) চীংদমলেন ভমহৈবা কৌবা মপারীদা মাংলৈগী কা অহুম খোকপগী ময়াই থংবা কাদা উমংলোন মাপল, য়াথমলোল মাপলগা লোয়ননা তাইবঙমী শন্দোকলুনবা

থাখরে।।, য়াখং পীবিখরে। লাইনিংথৌগী য়াথংবু চত্রে কিগাও শানা থুবাক চাংজৌ তরা, ইচু কায়না লিশিংনা শমলাং লাখা অমনা পুনেমজয়গা অঙ্গারথংবা কাদা চৎখরে।

মথংদা লাইনিংথৌনা য়পারী অতোপ্পা, অহুমশুবা লাইগীলোন্দা ম্না সিদ্ধি খোম্বা কৌবা, মীয়োলদা তাওথিংমাং কৌবা মচাদা উমংলোন, য়াপল য়াখয়েলোন মাপলগা লোয়ননা মনীংথংবা কাদা নোংচুপ-মায়কৈদা চৎনবা লাইনিংথৌগী য়াথং পীবিরে। মচা-নুপা অতোম্বনা লাইনিংথৌগী য়াথংবু চরে কিগাও শানা থুবাক চাংজৌ তরা ইচু কায়না লিশিংনা শমলাং লাখানা পুনেমজয়গা নোংচুপ মায়কৈদা ভাইবঙ মী শন্দোকপা চৎখরে।

লাইনিংথৌগী মচানুপা অহুম্বু মালেম পৃথিবীদা ভাইবঙ মী শন্দোক্কবা য়ালেমগী কা অহুম হায়বদি মমাঙ, মনীং অমসুং ময়ায়দা থাখিবগী ত্রেতুবা য়াদবা সাক্ষীদি—ইপা ইপুদগী খোয়-গুন্না ঙসি কাওবা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈরিবা মী পুয়মক্তা মোই-রাপ মনা কুনুনা মপুন অমা শারিবা অসিনা লেওবা য়াত্রবা সাক্ষীনি। মতম অসিদা লাইনিংথৌগী মাওদা ভাইবঙ মী পোকপগী থোয়ম, শিবগী থোয়ম তুক্নবা থাদগী লাংগ্লকপা নোংদমলেন লাইপাউ চেনবা কৌবা অমা, সুমিৎতগী লাংওমকপী নোংদমলেন লাইপাউ চেনবী কৌবী অমগা অনিমু মালেমদা থুংলরে। মতম অসিদা য়াহৌদ্রোকী ইরবা লোইজরে।

# তাইবঙ মীনচিংবা অচংপা থরাক
## পানবনা পোকপগী অহানবা

থাদগী লাংওনলকপা নোংদমলেন লাইপাউ চেনখনা, মুখিং-ভুগী লাংওনলকপী দোংদমলেন লাইপাউ চেনবীদা হায়রকই। ইশানৌ ইবেম্মা নশাবী ঐনা হায়গদৌরিবা তাইবঙ মীনচিংবা অচংপা থরায় পানবা পুরমক অসি, মপা অমসুং মমাগী পিবুক মুংদা (পুক্তা) লৈবা, মুমিং, থা পুংতা, খৈনকর আয়দে, আয়দে হায়বগী মরমদি, মিকুপ্তা পোকপা, নাহুমদা পোকপা, পুংতাদা পোকপা, থা অমদা পোকপা, থা অহুমদা পোকপা, থা অহুমদা পোকপা, থা মঙাদা পোকপা থা তরেংতা পোকপা থরায় পানখিনা তাইবঙপাস অসিদা লৈরিবা মশীং অসি য়াম্বা হেল্লিবনি খঙউ ইবেম্মা।

ইশানৌ ইবেম্মা থা তরাদা পোকপা থরায় পানবদি মশীং য়াম্লবনিদো, থা তরা মমাগী পিবুকমুংদা লৈবা থরায় পানবদি তাইবঙ মী, শামু কৈ, নোংশা, হন, ইরোই শগোয়চিংবা মশীং নিদো তাও ইশানৌ ইবেম্মা। তাইবঙ মীওইবগী পোকপগী বাগী য়ারম হায়রগে থরায় য়াইবিরেল শিন্নবনা তাইবঙ মী ওইনা পোকলুগে হায়না নীংঙ্লুনা, তাইবঙ মীওইবা মুপী (মমাদা) হায়না চঙলেদো তাইবঙ মীওইবা মুপা (মপাদা) হায়না চঙ্গনা লোইদাম থা অনি লৈবা শুরকপদা, মুপী (মমা) অদুগী হকচাংগী পিবুক মুংদা য়পানা থরায় য়াইবিয়েল শিন্নবনু শিন্নবনি।

ইশানৌ ইবেম্মা নোংদমরেন লাইপাউ চেনবী মুপা তাও অঙাংনা মমাগী পিবুক মুংদগী মালেমদা কাওবগী বারম হায়গে।

মমা ওইখিরবী অহুম্মী পিবুক সুংদা অণ্ডাংনা থা তরা লৈগদবনি। অণ্ডাংনা মমাগী পিবুক সুংদা লৈবা লোইদাম থা তরা শুরকপদা থবার য়াইখিরেল্ল শিদবনা অণ্ডাংগী মপাদা চণ্ডখিবা মুমিৎতগী মুমিৎ কুম্প্রানা থা অমা শাবগী থা তরানিথোই শুবা হায়বদি থবায় য়াইখিরেল্ল শিদখনা মপাদা লৈবা থা অনি মমাগী পিবুক-সুংদা অণ্ডাংনা লৈবা থা তরাগা শুরা থা তরানিথোইশুবা মুমিৎকা পুংকব শেনকম, মিকুপ, নাহুম কায়দনা মমাগী পিবুক সুংদগী অমা অণ্ডাংনা তাইবণ্ড ফাওগনি (পোকনি)। ঐনা হায়রিবা য়ারম পুরমক অসি কাউদনা চিংথবা লৈতনা কোয়ৌ. মালেম, (পৃথিবীদা) লৈরিবা তাইবম্ভ মী খুদিংমক শীনবা থুংনা লাইপাউ চেনগকবনি।

অস্তো অণ্ডাংনা মমাগী পিবুকসুংদা লৈবা থা অহুম শুবগী খোয়ম তাও। নোংদমর্রেন লাইচেনবী নশাবী ঐনা হায়গদৌরিবা অণ্ডাংনা থা অহুম শুনা মমাগী পিবুক সুংদা লৈবগী য়ারম হায়রগে। অস্তো অণ্ডাংনা মমাগী পিবুকসুংদা লৈবা থা অহুম শুবা মতাংদা অণ্ডাংগী মমানা লৈরিবা ইমুংগী মপী মপা শুইবা মীনা অমাইবা, অমাইবী, অথণ্ড-অহৈনা নাও পুরিবী মমা অমস্তং অতাং অনিমক্কী তুরৈ-ইরৈ চেন্দনবা শোরেম কাশা থারদোকনিদো। কাশা থারদোকপগী পোৎ চণ্ডমদবদি লকোই কায়বোক অমা লাংগনি। লকোই কায়বোক অহু মরায়দা শেৎতাক্লগা লকোই নাথা অমদা অণ্ডাংগী মমাগী মমিং ইরপা থমউ। লশোই নামা

অমদা কাশা শোরেনগী মখিং ইরগা অঙাংগী মমানা লৈবা লম অচুগী লাম্না নকপা খিদনা লৈবা চুরেনগী বাংমদা লকোই অচু হন্দোকনিদো. হন্দোকলুবা মী অচুনা মায় হম্না য়েংদনা ময়মদা হৌকদবনি। ইশানৌ ইবেম্মা মথক্তা হায়রিবা য়ারম পুম্নমক অসি থাজদবা ভৌগনু। নঙনা তাইবঙমীদা খঙনবা লাইপাউ ওইনা চেনগদবনি, অঙাংনা মমাগী পিবুকমু:দা লৈবা লোইদাম থা মঙাশুবগী থৌরম নোংদম লাইপাউ চেনবনা হায়, তাও নোংদমলেন লাইপাউ চেনবী ইশানৌ ইবেম্মা, মমা অমসুং পিবুক মুংদা লৈরিবা অঙাংগা অনিমক্তী য়াইকনবা থৌরমদি, অঙাংগী মমা ওইরিবী অচুবু মপা, মমা. মচেম, মনেম, শাগেগী মী, মরুপমপিজানা. নাওপুরিবী অচুনা চানীংবা হৈরাং চানীংবা চাক-এঙ্গাং থোংলগা নাওপুরিবী তাইবংগী মুপিদা। লৈরিবা থবাই য়াইবিরেন শিদববু পেলহন্নবা পীজগনি, মথক্তা হায়রিবা থৌরম অসিবু মতাং চানা মতম চুন্না নাওপুরিবা অঙাংগী মমাগী হকচাংগী মন্মুংদা লৈরিবা থবাই য়াইবিরেল শিদবনা পেল্লবদি অদো অঙাংনা তাইবঙ কাওরবদা মপাঙ্গল কররগীদমকনি। মথক্তা হায়রিবা থৌরম অসি তৌহৌরবদি অদো অঙাং অচুনা তাইবঙ পানবদা পোক্লগা মতিল য়াম্না তাগল্লি, অঙাংনা মতিল য়াম্না চোরগা তারগা, মপাজল শোনলিদো মরম অসি লৈবনা মথক্তা হায়রিবা থৌরম অসি তৌরগা ভংখাই অমদি শোয়দনা কামবনিদে। ইশানৌ ইবেম্মা নোংদম লাইপাউ চেনবী নহাক্না তাইবঙ মীওইবা খুদিংদা খঙনবা, কাউদনবা লাইপাউ চেন্দুনা তথীয়।

# অঙাংবা মমাগী পিবুকমুংদা লৈবা

## থা মাপল শুবগী থৌরম

নোংদমলেন লাইপাউ চেনবনা হায়রকই, তাও ইশানৌ ইবেম্মা নোংদমলেন লাইপাউ চেনবী তাইবঙগী অঙ্গো অঙাংবা মমাগী পিবুকমুংদা লৈরকপা থা মাপল শুবদা তৌগদবা থৌরমগী লাউগদবা পোৎকী পোৎশকতি লৈপাক্না শাবা মথা লাওবা চকু অমা মমাঙ (নোংপোক) ওনবা লাগী লাভোন অমা, লৈ মথল মথলনা কজনা লেংবা লৈগী পরেং অমা হৈরুক, পানা, থোয়রু থাংমৈ অমা মেক্রুক খরা, মনা চংনিং অমা, লুপা চংনিং অমা হায়রিবা অসি শুনা লাওলগা ঈথুদেং, লাইথুদেং তাদবা, তৎনবা লৈতবা, লৈথক, লৈখাদা লাই লৈতবা লৈচিল নোংকাই থাংদবা সুমিৎ অকবা য়েংলগা সুমিৎনা করাং চঙত্রিদৈঙে (সুমিৎ বুংত্রিদৈঙদা) থৌরম তৌগদবনি, থৌরমগী মরোং হায়গে তাও, ইশানৌ ইবেম্মা। মথক্তা হায়রিবা চকু মথা লাওবা অচুদা লাইজ ঈশিং অরূবা চকুগী মঙক কাওবা হাপ্লগা মালেম থক্তা লা থারগা চকু অচু মকম চানা থম্লগা চকু অচুগী মঙক্তা কজবা লৈগী পরেং অচু তৎহন্দনা কিশিনগনিদো। খিল্লিবা চকু অচুগী মমাঙদা নোংপোক ওনবা লাভোন আচু থারগা হৈরুক, পানা থম্মনি, মেক্রুক থাগনি, থোয়রুসু থাংমৈ চুরগা মালেমদা বুগনি শেম শাবা লোইরগা অঙাং অচুগী মমা ওইরিবা লুপী অচু থুরু থুদক কুমগা মরা লাওনা কাথোকুনা ঈশিং থম্না থম্মলিবা চকু অচুদা মমায় মমাঙ ওমা নক্লগা মমায় অবাচু

ওন্দুনা ঊশিংদা য়েংগদবনি, ঊশিংদা য়েংলিদ্রেদা অমসুং অহৈনা থরাই মিরেল য়াইগী মিংথৈ হি, অঙো, মিং, মিং, কোণ, কোণ হায়না লাই শোল্লগা, চকু ঊশিং হাপ্লিবা অদুদা ম্না কোনয়াই, লুপা কোনয়াই হুনগনি, কোনয়াই হুনবা লোইরগা অঙাংগী মমানা থরাই য়াইবিরেল শিদববু পুনেমজগনিদো, পুনেম্বা লোই-রগা থরাই য়াইবিরেল শিদববু মিকোনবদা য়াওরিবা পোৎশক পুন্নমক ঊশিং য়াওবা চকু অদুগী মপুংদা চিৎথবা লৈতনা হাপ্লগা অঙাংগী মমামা লৈরিবা মুম অদুগী কোম্থোং য়াংমদা ঊশিংগা লোয়ননা পোৎলম পুন্নমক হাপ্লিবা চকু অদু য়াংনা হুনগৎতুনা থুগাইগনি, থুগাইবদা চকু অদুগী মগুক মথে কায়দনা লৈহৌরবদি তৌরিবা থৌরম অদু অমুক হনগনিদো নশাবী ঐনা হায়রিবা থৌরমগী য়ারম পুন্নমক অসিবু তাইবঙগী মমা ওইরিবী অদুনা থরাই পুকনিং চঙনা মতাং চানা থৌরম কায়দনা তৌজরবদি অঙাংনা থা তরা. শুবদা তাইবচ কাওবদা থুংলৌ পনলৌদনা অসোই, অঙাম পুন্নমক কোকপা গুম্বা থৌরম অসি ইশানৌ ইবেম্মা নঙনা কোয়ৌ মালেমদা লৈরিবা তাইবঙ মী থুদিংমক্তা থঙনবা তোয়না, তোয়না, লাইপাউ চেনগ-দবনিদো কাউকদে।

---

## অক্ষো অঙাংনা থা তল্লা

## ঙরকপগী অহানবা থৌরম

নোংদময়েন লাইপাউ চেনবনা হায়রকই. ডা ও, নোংদময়েন লাইপাউ চেনবী ইশানৌ ইবেম্মা, তাইবঙগী মী নাওপুরিবী মথা অময়ৎ অঙাং অনিমকী অনম অহা চুদনবা থৌরমগী ৰা হায়রগে। তাইবং মীনা নাওপুবা থা তন্না চঙলকপা থা তরা মপুংদি কাত্রিঙৈদা য়ুম অতুগী অহম্মা অঙাংগী মপা, মমা অনিমক্তা তোগদবা থৌরম তাকনিদে।। অঙাংগী মমানা লৈরিবা য়ুমগী মমাঙ থংবা থোঙগী মপান্দা খুরুখুদক কুম্না যল শাহুনা মমায় অৱাং ওন্না লৈরগা, অঙাংগী মপানা থোঙগী মপান্দ মমায় মনীং ওন্না লেপ্লগা লাইশোনগী ৱাহৈদি অঙাংগী মমা নহাক ঙসিদগী থানা লূবঙুম লূজরো, নূমিৎনা লূবঙুম লূজরো হায়না মশাদা নানবিরগা অঙাংগী মমানা কুন্দুনা লৈরিবা অতুগী মথক্তা কান্দুনা য়ুমগী মনুংদা চঙগনিদো। থৌরম অমনা মথক্তা হায়খি্বা থৌরম অহু পাঙথোক্লগা থা তরানিথোইগী অহৌবা, অহানবা মকোক ওইবা মেরা কৌবা থাগী থাবুং (পূর্ণিমা) য়ৌত্রিঙৈদা হেকপা, খোইজু লাইখাম কৌবা পোৎ মরম অসিবু মৈ থাম্নগা মমা ওইবীগী হকচাংদা ওকথোকপিগনিদো.। মথক্তা হায়রিবা থৌরম অনি অসি তৌবিরবদি অঙাং অময়ুং মমা অনিমকী অনম অহা চুরম্বা পুম্নমক লেপ্না কোকপনি। ইশানৌ ইবেম্মা হায়রিবা থৌরম অনী অসিবু নঙনা তাইবঙসিদা তাকপিবগা লোইননা কাউদনবা লাইপাউ তোম্না চেন্নু।

———

## অঙাংনা মমাগী পিবুক্মুংদা লৈবা থা তরাতরকপগী অনিশুবা থোক্লম

নোংদমরেন লাইপাউ চেনবনা, নোংদমরেন লাইপাউ চেনবীদা হায়রকই মুন্না তাও। অঙাংনা মমাগী পিবুক্মুংদা লৈবা লোইদাম থা তরা তরকপা মুমিংতি থরা বাংলিরৈদো হায়না তোগদবা থোরমগী মরোংদি, ইমুং অচুবা লৈরিবা মপী-মপা ওইনা লৈরিবা মীনা নাও পুরিবী মমানা মরোং মতৌ হোংবা উরগ্রা চকপী লমলাং মাইবী মাইবা অমবদা পোৎলাকপীবু কৌহুনা য়েংহনবদা অঙাংনা ভাইরস কাওগদবা পূংজা খেনকম শাংলোইদরা খুদম চাংদম কংলবদি অঙাংনা ভাইরস কাওরবদা, পোক্লগা মমা অমসুং অঙাংনা হিপকদবা লুখুম কাদা কোম অমা তৌগনি, তৌগদবা কোম অচুদি মমাগী মশাদগী কণ্ডবা থুনাবা নানৈবা পুম্নমক হৈজিন্নবা কোমনিদো।

মথক্তা হায়রিবা কোম অসি তৌবদি মুমিং অকবা থাবাল য়েংলগা তৌগনিদো কোম তৌবগী থাবান য়াদবদি মঙানি পানবা, তারানি পানবা, তারামঙানি পানবা, কুননি পানবা, কুনমঙানি পানবা, কুন্থ্রানি পানবা হায়রিবা থাবান অসিদা কোম তৌবা য়াদে. য়াদবগী মরমদি মথক্তা হায়রিবা থাবান অসিদা লৈন্নুংদা লৈপাক্তা লাই লৈবা মমলা য়াদবনি। থাবান অমসুং অকবা মুমিং ভাইবা য়াদহুনা কোম তৌবা ভারবদি কোম তৌগ্রিবৈদো মকম অচুদা য়াকোনরাই লুপা কোনরাই থারগা লাইনোংশাববু ভাইনরগা কোম তৌগদবনি, মথক্তা হায়রিবা বাগী বারম থোরংবু কায়দলা তৌরবদি

মমা অমসুং অঙাং অনিগী তুংগী অকখা নাম য়েক্নবা পুন্সি ব্রানিদো, ঐনা হায়রিবা তাক্লীবা থৌরম্ব ইশানৌ ইবেম্মা নঙনা মালেম পৃথীবিদা লৈরিবা পূরমকা মাগী মাগী চৎনবা লোন্দা লাইপাউ চেন্বুনা তাকপিয়ু, তম্বিগদবনিদো কাউগন্থ।

## অহমশুবা থো তম্না মপুং ফাবা অঙাংনা তাইবঙ ফাওবা।

নোংদমরেন লাইপাউ চেনবনা হায়রকই, তাও নোংদমরেন লাইপাউ চেনবী ইবেম্মা। অঙো অঙাংনা মমাগী পিবুকমুংদগী তাইবঙ ফাওগদবা, পোকদবা মতমদি মমাগী পিবুকমুংদা থা তরা মপাগী পিবুক মুংদা থা অনি লৈরগা পুম্না থা তরানিথোই শুরকপা পুংগী থোঙচৎনা মাপল মাপলন চৎলকপা পূংশীংনা (২৩,০৪০) লিশিং কুনহুমদোয়গা শুপ্না ফুনি শুরকপা পুংজাগী অহানবা থোঙচৎকী পূংকমদা মমাগী পিবুক মুংদগী অঙো অঙাংনা তাইবঙ ফাওগনি (পোকনি) মথক্কী হায়রিবা পূংশীং অসিদি হৌজিক চৎনরিবা পূং (২৪) কুনমরিন নোংমা শাবা পূংশীং নত্তে। মৈতৈ লৈবাক্তা তাইবঙ পানবগী মপুনা মিকুপ, নাহুম পূংগী থেনকম পুথোক্লগা অমখা, অঙানবা অনিনা নোংমা ওইবা নোংমা (মুমিৎ কুস্থ্রানা) থা অমা ওইবা, থা তরানিথোইনা চহি অমা ওইবা নোংমদা পূং (৬০) হুমফুনা ওইবা পূংজাগী পূং মশীংনি। হৌজিক মৈতৈ লৈবাক্তা চৎনরিবা খঙনরিবা থা অমদা মুমিৎ কুস্থ্রা শুই শুমে নোংমা লৈতে; অমসুং

নোংমগী সুমিৎন' নোংমা নোংমগী লেঙদনা থোকলিবা অসিদা থাবান অমগুম্না সুমিৎ নিনি চঙবা সুমিৎ মশীং অসিদা হায়বা নত্তেদো ইশানৌ ইবেম্মা। নশাবী ঐনা হায়রিবা ৱারম পূম্নমক অসি মালেম (পৃথিবীম্না) লৈরিবা ভাইবঙ মী ওইবা পূম্নমক্তা নহাক্না মী. মী অমুগী মপুক্তা থম্বা (কাউমনবা) মাগী মাগী লৈবাক্তা চৎনরিবা মরোন্দা লাইপাউ চেন্থুনা তম্মিয়ু।

## অকো অঙাং ভাইবঙ কাওবগী
### অহানবা থৌরম

নোংদমরেন লাইপাউ চেনবনা, শোংদমরেন লাইপাউ চেনবীদা হায়রকই মুন্না তাও। পোকলিবা অঙাংগী থরায় মিরেল শামদনবা ৱারম হায়গে। ভাইবঙ মীওইবা হায়বা অসি মমাগী পিবুকপুংদগী মালেমদা লাকপদা থোয়রি নাওয়োমগা লোয়ননা লাকপনি। থোয়রিগা নাওয়োমগা অঙাংগী মশাগা পোৎশক অহুম অসি অমগা, অমগা শমনৈদো। শম্নরিবা অঙাংগা, নাওকমগা অনি অত্তবু তোঙান তোঙান্না লৈনবা ককপবু থোয়রি ককপা কৌইদো।

থোয়রি ককপগী মরমদি থোয়রিগা নাওয়োমগা হকচাংগা শম্নরিঙৈদগী পোকইবা অঙাং অমুগী মশাদা থরায় য়াইবিরেল শিদবগী মচেৎ থরা নাওকমদা লৈবম্ন য়াওইদো। ৱাগী ৱারম অসি লৈবনা অঙাংগী থোয়রি ককলমদাইন্না অথঙ, অহে ওইরিবা মাইবা মাইবীনা অঙাংগী থরায় মিরেল শামদনবা নাওকমলোম দগী অঙাংগী মশারোমদা তরেৎলক নানশিনগনিদো। অঙাংনা সুপা

ওইরগা লাইশোন্দি চাবুংবা কোণ- কোণ, হায়না শোন্দুনা অরেৎ-লক-লো খানশিনলগা খোয়রি ককনিদো। অঙাংনা সুপী ওইরগ চাবুংবী কোণ, কোণ হায়না অরেৎলক শোনবগা লোয়ননা নান-শিন্দুনা খোয়রি ককনিদো, মথক্তা হায়রিবা মরম অসিবু কায়-দনা মাইবা মাইবীনা খোয়রি ককপিরবদি অদো অঙাং অদু পুন্সী; মুন্নাংনা তাইবঙদা খোয়রেল য়োনা পানগনি, খোয়রেল য়োরা হায়বদী মারবদি অদো অঙাংগী থরায় মায়বিরেল শিদবনা মপা ওইরা মীয়া চঙবা মতমদা তাইবঙগী মপু ঐনা হিংজুনা পানগদবা সুমিৎ অমসুং চহি মশীং ককথিবা অদু লোম্বা ( চহি মশীং অদু-কাওবা হিংরা হায়বনি ) মথক্তা হায়রিবা বারম পূমমক চিৎথবা লৈতনা মালেম. (পৃথিবীদা ) লৈবা মী খুদিংদা খৎনবা লাইপাউ চেন্দুনা ভঙ্গিগদবনিদো ইশানৌ ইবেম্মা।

## অঙাংগী অনিশুবা বারম নাওকম ফুম্বা

নোংদমদেন লাইপাউ চেনবা নোংদময়েল লাইপাউ চেন-বীদা হায়রকই মুনা ভাও, তাইবঙ মী পোক্লগা নাওকম ফুম্বা অমসুং নাওকমগী বারম হায়রগে। তাইবঙপানবদা পোক্লবা অঙাং অদুবু মাইবা মাইবীনা খোয়রি ককপা লোইরগা অঙাংগা লোয়নরকপা নাওকম অদু লৈশাক্তা ফুমগনিদো। মৈতৈ নত্তবা অতোপ্পা কাঙলুপকীসু মাগী মাগী কইমগী মতুংইন্না ফুম্বা ফুমদবা লৈরিবনিদো ইশানৌ ইবেম্মা। মতগা, ঐগনা লৌরিবা মৈতৈ গী লাইবেবাক্তা লৈরিবা মৈতৈ কৌবা কাঙলুপকী বারম

হায়গে, মৈতৈ কাঙলুপকী মীপোকপগী নাওকম ফুম্বদি মকম অমদা হেক্তা ফুম্বা য়াদে। য়াদবগী ৱারমদি য়েংঙ, ওই খায়না যুমগনি, য়েংঙ হায়বদি মুপাবু কৌয়ে, মুপা ওইরবদি লৈরিবা য়ুম অদুগী য়েংথংবা মথারোমদা ফুমগনি, ওই হায়বদি মুপীবু কৌয়ে। অদোংনা মুপী ওইরবদি ওইথংবা অরাংলোমদা ফুমগনি। নাওকম অদু ফুম্লবা কোমদি খুনিং ( খুদুপ অমা ) লুনা তৌগনি।

নাওকম ফুম্বদা চঙগদবা পোচঙদি মা কোনয়াই, লুপা কোনয়াই য়াওগনি। নাওকম ফুম্লবা তৌরিবা কোম অদুগী ফত্তবা থুনাম্বা লৈবা পুম্নমক লোখোক্লগা, কোম মন্নুংদা লৈবা হিলমু লাইমু ফত্তবা পুম্নমক তাম্থোকপিংঙো. অফবা থমবিয়ু হায়না তাইবঙগী অহানবী ইবেল পিথ্রাই খোংত্রাইবীদা শিন্নরগা মাকোনয়াই, লুপা কোনয়াই থারগা চফুদা হাপলিবা নাওকম অদু কায়-তোইদনা থম্লগা অশেংবা লৈপাক্লা হাপ্লগা শা-ঙানা খোংতোকপা ঙমদনবা শুজিনগদবনিদো-ইশানৌ ইবেম্মা, কাউগনু।

তাও ইবেম্মা তাইবঙ মীনা পোকপদা লোয়নরকপা নাও-কমগী মতিক ময়ায়গী ৱারম থরা অমুক হায়গে। অদোং পোক-পদা লোয়নরক্লিবা নাওকম হায়বা পোংশক অসিদি অদোংনা মমাগী পিবুকমুংদা লৈবদা নাওকমগী মমিং অসি নাওয়োম হায়না কৌই, নাওয়োম কৌবগী মরমদি অদোং অদুবু নাওকম্না য়োমদুনা লৈবগী নাওয়োম কৌবনি, নাওকম হায়রিবা অসিদি তাইবঙ মীদগী নত্তে, পোকপা শিবা ওইরিবা লাইস্নু তাইবঙ মীস্নু থরাই পানবা পুম্নমকী থরায় য়াইবিরেল শিদববু য়োম্বা

য়াম্না লুপ্লবা মতিক ময়াই চাউখ্রবা পোংশক অমনি। নাওকপু মতিক ময়াই চাউবা পোংনি হায়বগী শাখি প্রমাণ্দি, থরাই পানবনা শিরমদাইদা ওইরকপা মওং মতৌ উরগা তাইবঙ মীওইবনা ঙসি ঙাঙনরিবা, শোম্নরিবা অফবা মীনা শিরগা লৈগী দোলাইদা তোংল্লনা চংখি হায়নরিবা অদু লৈন। শাবা দোলাই নত্তে।

তাইবং মীনা পোকপা মতমদা মমাগী পিবুক মুংদগী লোয়নরকপা নাওফমদা থরায় য়াইবিরেল শিদবনা তাইবঙগী হকচাং অদুবু থাদোকলমলগা তাইবং মীওইগী হকচাংদা লৈরম্বা থরায় য়াইবিরেল শিদবনা নাওফমদা তোংল্লনা তাইবঙ পানবদা লৈরিবা অচংপা. চংতবা পুম্নমকী মপু থরায় য়াইবিরেল শিদবা থরাই পানবগী থরায়বু পীরিবা মপু মহাক্না লৈবা মফম লাইরেল কিরান য়াইদা চংপা অদুবু মমা মরোল খঙদবা মানা অতোপ্পা কাঙ-লুপকী লোলদা লৈগী দোলাই তোংল্লনা চংখি হায়বনি।

মপানগী মরোনদা মখঙবা মমুংদা মরম করি লৈদনা হায়বনো খঙদবা মীনা হায়রকপা হংলকপা য়াই; য়ায়মদি নাওফম তোংল্লনা চংলি হায়বা য়া অসি অয়ানবা চুমদবনি, নাওফমদি লৈপাক্না চুমখিরা অদু লৈপাক ওনথ্রবনি লৈপাক ওনথ্রবা অদু অমুক হন্নাইদগী লৈপাক ওনগদোরিবনো থাজদবা য়ানি। চুমই তাইরঙ মীনা মিংতা উবা নাওফমদি লৈপাক ওনথ্রবনি অদুবু অতোপ্পা মমুংদা করম্বা মরম লৈদনা হায়বনো হায়বা মমা

মরোল খঙদবনা তৌবনি, মমালোলগী ময়েক খংলবদি মপুংগী রারমসু খঙবদা লুনা খোকলোইদবনি।

নাওকম তোংদুনা থরায় য়াইবিরেল শিদবনা চংপগী রারমদি থরাই য়াইবিরেল শিদবনা মী পোকপদা তাইবঙ মীগী হকচাং মপুংদা লোয়ননা লাকপদা তাইবঙ মীগী মিৎনা উবসু ঙমদবনি, খুৎলাইনা য়েংবদসু উবা ফংদবা, থরাই য়াইবিরেল শিদববু য়োমদুনা লৈবা নাওকম অদুদা তাইবঙগী হকচাংবু থাদোকলগা তোংদুনা চংপা নাওকমনি হায়রিবা রারম থরা অসিবু মৈতৈ ইপা লাই, ইপু লাইনা মপুংগী রানি হায়না লাইরিক্তা ইবিরম্বই। ইশানৌ ইবেম্মা নোংদমলেন লাইপাও চেনবী নওন্না মালেম (পৃথিবীদা) লৈরিবা তাইবং মীদা মী মশা মশাদা কাউদনবা, তোয়না তোয়না লাইপাও চেনগদবনি হায়রিবা রারম অসিবু পুন্সি মুংশাং রা কৌবনিদো—

## তাইবঙদা ফাওবা অঙাংগী অহানবা মশা চামথোকপা ঈরুজবা

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা, নোংদমলেন লাইপাও চেনবীদা হায়রকই, তাও! ইশানৌ ইবেম্মা, তাইবঙদা পোক্লবা অঙো অঙাংগী অহানবা ঈরুজবগী রারম হায়রগে। মমাগী পিবুকমুংদগী তাইবঙদা পোকপদা ঙায়রিবা অঙো অঙাংবু ঈরুজবগী রারমদি, মমাগী ফত্তবা থুনাথা অঙাংদা পকপবু চামথোক, রারণ অমনা অঙাংনা মমাগী পিবুকমুংদা লৈরিঙৈগী

অহৌংবা. অশাবগা মালেম ( পৃথিবী ) গী অহৌংবা অশাবগা অনিগী অহৌং অশা চায়নবা মরমগীদমক ঊরুজবিবনি, ইপা ইপু লাইগী লিচৎ শাজৎ কায়দবগী মরম অমা বারম অসিগীদমক ঊরুজবিবনি—

অঙাংগী ঊরুজনবা ঊশিংদি অকবা অরুবা, শাহনগা য়াম্না শাদবা থুং থোংবা য়াবা ঊশিং অদু মৈথৈগী লোন্দা উরুক খুবেংদা হাপ্পগা, মাইবা নত্রগা মাইবীনা অঙাংগী মমিৎ মথাই নাকোং হাম্না হাপ্পগা ইপা লাই, ইপু লাইনা শোম্নরবা ময়েকী লাইশোল-লাইরেল অঙাওবনা পন কোয়রে, উচুক অঙৌবনা পম্থিংলে, হায় থুনাম নানৈবা, খিং, খিং. খিং খিংদোক্লো হায়বা লাইশোলগা, লোয়ননা অঙাং অদুবু ঊরুজবিগদবনি।

অদো অঙাংবু ঊরুবদি লোইরবা ঊশিংদি নপথোক্লিবা ভাংকক্তা মাইবা মাইবীনা, অঙাংগী সেগা অনি পায়দুনা পম-খৎলগা ময়েকী রাহৈগী লাইশোন্দি শুমিৎনা কাপ্রিদৈদা কাহৌরো থবিনা চাউপ্রিদৈদা চাউহৌরো, রাংজো, চাউরো, কললো, হৈরো, শিংলো, ইপা মচুম তারো, ইপু মচুম তারো, কোম্না লাবা, তিং, তিং, তিং হায়না লাইশোনবা লোইরগা য়াম্না মোনবা ফিনা অঙাংগী মশা পুম্নমক নপথোক্লগা অকবা অমোনবা ফিনা রোমলগা মমাগী নাকন্দা থম্মগনিদো, মৎতু হায়রিবা রাগী রারম পুম্নমক অসি পুন্সি, সুংশাং রানি ইশানৌ ইহেম্মা, নহাক্লা মালেম (পৃথিবী) দা লৈরিবা ভাইবঙমী ওইবা পুম্নমক্তা খৎনবা কাউদনবা লাইপাওবু অতৎপা লৈতনা চেনগদবনি।

## তাইবঙপানবদা পোকপা মতাং হোন্দবা লাইগী মিংথৈ লাইমিং পীবা।

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা, নোংদমলেন লাইপাও চেনবীদা হায়রকই, মুন্না তাও, তাইবঙমীনা মমাগী পিবুকমুংদগী মালেমদা পোকপদা ইপা ইপুগী লিচৎ শাজংকী ভোবা হোনবা থৌরম লোইরগা মথংদা ভোগদবা থৌরমদি লাইগী মিংলেন পীগনিদো। পোকপদা ভায়রিবা অঙো অঙাংদা ঐ কৌবা তাইবঙপানবা মপুগী মিংলেন মিংথৈবু অঙাংনা নুপা ওইরগা পারি, অঙাংনা নুপী ওইরগা ইমোম নঙগী নমিং, পারি নঙগী নমিং লাইলোন্দা বোং, য়েং, য়েং, চককো, মিমুং রো, সেনেংবো, শামুংবো, মীয়োন্দা চকপা নঙগী নমিংদি চকপা, মিংবা নশাগী নমিংদি, হৈমচা শাকোয়ে য়ামুংয়ো হায়বা মথক্তা ইখিবা ময়েকী লোল অসি লাইগী লোনগা তাইবঙ মীগী লোলগা ময়েক্তা থিন্নবা থাহেনি।

মথক্তা ইরিবা লাইমিংগী ময়েক অহুম্না থাহে অমমম ওইনা ময়েকী খায়দোকপা থাহেগী ময়েক খরগীদং ওইনা হায়জগে। শামুংবো হায়বদি অঙো অঙাং নশাবু নশামা নীংউ হায়বনি। শাকোয়ে হায়বদি নশানা অকবা, অচুম্বা থবক মতম পুন্নবক্তা ভোববু হায়বনি। হৈ মচা হায়বা থাহেদি চাহৈদবা চাগনু, চঙহৈদবা চঙগনু য়েংহৈদবা য়েংগনু, য়েংহৈদবদি ইচে, ইনেম, ইচল, ইচা, ইপা, ইমাদা মিৎ থানা য়েংবা হোনদে। চাহৈদবা

চাগনু হায়বদি মী অমনা চাবদা ফবা এৈনা চারগা ফজবা চিঙ্গাক চারবদি নশাবু নশানা মাঙনবা থোরাংবনি . ফত্তে হায়বনি।

চকপা হায়বসি অঙাং নঙনা হৈয়িচক, হায়াচক, লাংবা-চক, কোনাচক, চক মরি অসিগী মমুংদা লৈরিবা চক অমদা তাইবঙদা ফাওরবনি (পোক্লবনি) হায়বনি। চকপা হিংবা হায়রিবা রাহেগী শন্দোকপা রাহৈদি অজো, অঙাং নঙনা মথক্তা ইরিব চক মরি অসিদা নঙনা পুন্সি মুঙশাংনা হিং-দুনা পানবদা কারদবা, অকবা লিচৎ শাজং চৎনবা পীবা ময়েক্কী লাইমিংনি খঙও।

মথক্ত হায়খিবা মিংথৈগী ময়েক পূন্নমক অসিদি য়াম্না লুখ্রবা মতিক, ময়াম চাউবা, মুংশিংনা হুমদোকপদা লেঙবা ঙমত্রবা, ঈশিংনা চামথোকপা কোকপা লৈত্রবা ময়েক, মৈনা চাকপদা তুম্বা ঙমত্রবা ময়েক্কী মিংথৈরেল অসিবু অজো, পোকপদা ঙায়রিবা অঙাংদা পীবা, তাকপদা অঙাং অদুগী মপানা ওইরিবা য়েক, সলাই তিন্দবা মীনা লাইগী মিংথৈরেল অসিবু অজো অঙাংদা পীরবদি, সাইরুক তিন্নবা কোয়ে (অতোপ্পা মীগী লোন্দা হায়রগা বর্ণশঙ্কর কৌই) পোকপদা ঙায়রিবা অঙাংদা মিংথৈরেল পীবা য়াবা মীদি অঙাংগী মপা অমা, মতোন (মথুরা) অমা, মপল ওইব মী অমা, মপা অদুগী ময়াম্বা ওইবা অমা, মনাও ওইবা অমা, হায়রিবা মীশিং অসি লৈত্রগা শাগৈগী মী থিরগা পীগদবনি। হায়রিবা রারম অসিদি মথক্তা

হায়খি্রবা ময়েকী লাইশোন্দি মী পুন্নমকীনি অহুবু মাগী মাগী য়েক সলাইগী শাগেনা অঙাংদা ময়েকী লাইশোনগী লাইমিং পীরগা অঙাংগী মতিক ময়ায়, হৈ. শিংবা পুন্সি মুংশাংবা হেলদি। ইশানৌ ইবেম্মা নওনা মথক্রা হায়খি্রবা রাগী রারম পুন্নমক অসিবু মালেম ( পৃথিবী ) দা লৈরিবা তাইবঙমী থুদিংদা কাউদনবা তোয়না, তোয়না লাইপাউ চেনগদবনিদো।

## তাইবঙ মীনা পোকপদা পীথক্কবা পোৎ

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা নোংদমলেন লাইপাও চেন বীদা হায়রকই, মুন্না তাও, ইশানৌ ইবেমা, তাইবঙ পানবগী মপুনা, কোরৌ মালেম পুথোকপদা, পুথোক্কুনা থমথ্রবা, মালেম ( পৃথিবী ) দা লৈরিবা থরাই পানবা অচৎপা, চৎতবা পুন্নমকী থরাই হিংনবা পোৎ মথল চামনিপালগী, চামনিপাল, নিপাল, থম্বিরম্বগী মনুংদা তাইবঙগী ওইনদি পোকপদা ভায়রিবা অঙাং য়োক্লবা খ্বাইদগী অথোইবা থোয়রি থম্বিরমই। ইশানৌ ইবেম্মা।

তাইবঙ মীওইবা মমাগী মুমিং শুত্রিবা ফাওবা মমাগী খোল্লাং লাক্তি্রফাওবা পোকপদা ভায়রিবা অঙাং য়োকপগী রারম হায়রগে তাও, ইশানৌ ইবেম্মা, তাইবং পানবদা লৈরিবা থরাইপানবা অচৎপা তাইবঙ মী, শা, উচেক্লচিংবা মমা ওইবীনা মচাবু খোল্লাং পীথক্লগা মচাবু য়োক্লবা, থরায়পানবা পুন্নমকী মমা ওইবীগী হকচাং মনুংদা থবাই য়াইখিরেল শিদবনা মচা পোক-ত্রিবৈদগী হায়না শেমহুনা থম্বিথ্রবা মমানা মগাদা পীনবা

পোৎশক অদু থবায় পানবা মমা ওইবীনা মচা হেক পোকপদা মমানা পুথোক্কুনা মচাদা পীবা মতমদা য়াম্না থুনা পীবা পুংজা থরা কাক্সরগা মমানা মচাদা খোম্লাং পীবনচিংবা, মালেম (পৃথিবী) দা লৈরিবা থবায় পানবা পুম্নমক অসিগী মসুংদগী খ্বাইদগী মতিক ময়াই লৈবা শিংবা হেনবা মালেমদা লৈরিবা থবায় পানবা পুম্নমকপু রায়েল থোদা পীবা ওন্বা ভাইবঙ মীওইবগীদি মীওইবগী মশাদা তৎনবা, থানবা লৈত্তনা মশানা মশা ওইনা লৈরিবা থবাই য়াইবিরেল শিদবনা অঙাংনা পোকপা মালেমদা ফাওরবা মুমিৎ হুমনি শুত্রবদি মচানা থক্কবা মমাগী খোম্লাং পীদেদো।

ইশানৌ ইবেম্মা নোংদমলেন লাইপাও চেনবী, ভাইবঙ মীওইবগী মমাগী মুমিৎ হুমনিগী খোম্লাং ফংদ্রিবা ফাওবা ভাইবঙ পানবগী মপু ঐ কৌবনা শেম্বীদুনা থম্লম্বা খোয়হিবু লশিংদা চোৎহল্লগা অঙো অঙাংগী মচিন্দা থম্লগা অঙাংবু য়োকপনি, মথক্তা হায়রিবা খোয়হিনা অঙাংবু য়োকপা নত্তনা পোকলিবা অঙাং অদুগী য়েক সলাই তিন্দবা মচা পোকপা নৌরিবী অতোপ্পা অঙাংগী মমাগী খোম্লাং পীথক্কনা অঙাংবু মমাগী খোম্লাং ফংদ্রিবা ফাওবা য়োক্লবদি অঙাং অদুনা চাওদম শাংদমলবদা অঙাং অদুবু পোকচবী মমা অমসুং মপাগী মুংশিবা শরুক থরদং রাৎলনিদো। মথক্তা হায়খিবা অঙাংনা ভাইবঙ ফাওবদা অহানবা পীজবা পীথকপগী রারম অসিদি মুংগী রানে, পানগী রানে, মুং, পান অনিগী রারম অরুবা পুম্নমক

খঙনাহ ভাইবং মীনা খঙগে মীংহুনা হংলগা খংনবা তাক- নিদো ইশানৌ ইবেম্মা, নঙনা হাগী বারম খিবিকপু মালেম (পৃথিবী) হুংনা খঙনবা ভোয়র্না ভোয়না চেনগদবনি।

## মুমিৎ ভরুক্রিগী অঙাংগা মামগা অনিনা হীগ্রা কম হৌগদ্রপগী

নোংদমলেন লাইপাও চেনদনা হায়রকই মুন্না ভাও নোং- দমলেন লাইপাও চেনবী ইবেম্মা, ভাইবঙমী পোকপগী মুমিৎ ভরুকনি শুবগী ঈপাল থাদ্রিবৈদা ভোগদবা থৌরমশিং পোকইবা অঙাং অমসুং মমাগা অনিনা হীপকহ্না থারহ্না হুনভেবপা য়াবা পোংকী মখৈ লৈপাক্তা কোম লুনা ভোরগা কুমগনিদো। কোমদা যুম্বা হৌনৈ হায়দুনা হেক ফুহুম্মু য়াদে অখঙ অহৈদা হংলগা লাইশোনগা লোয়ননা ফুমগনিদো। যুমগী লাইশোন্দি কোম মদুং মায় লুকতুনা হেহৌ, হেহৌ, হেহৌ, হৌকায়ো হায়বা মায়েক্কা লাইশোল্লগা পোৎ ফংব অদু যুম্লবদি অঙাংগা মমাগা অনিমকী ওইনা পুন্সি চুংশাংনা পানগনিদো লৈপাক্তা। কুমদনা লমহাংদা হুপ্পেল্লগা অঙাংগী মশাদা মুংশিৎকী বেরা চেনগল্লি। ঈশিংদা থাদরগা ঈশিংগী মরমদা বেরা চেনগল্লি ঈশিংদা অকিবা অয়াবম্মু নংগল্লি। মৈদা থাদোল্লগা মৈগী অকিবা মৈনা পোকপনচিংবা নংগল্লি। বারম অসি মুংপানগী রানে ইশানৌ ইবেম্মা, নঙনা মালেম (পৃথিবী) দা লৈরিবা ভাইবঙ মীদা খঙনবা কাউদনবা লাইপাও ভোয়না, ভোয়না চেনগদবনিদো।

চৎনবী লিচৎ শাজৎপু হৌজিক্কী মতম্দা পোৎয়েংবা হায়রগা খঙনরিবা অসিনি। হায়রিবা থৌরম অসিগী মনুংগী ৱারমদি অঙাং পোকলিবী মমা অসিগী মশাদগী ঙগী শরুক য়াম্না মপান্দা থোকহনবগীদমক অহাংবা চাৎগা চৎথোকখিবা ঙ অদু হক্তিনবগী মতেং পাংবা হায়না চৎনহল্লুনি। অঙাংদা ময়া লুপানচিংবা পীরিবা অসিগী মরমদি অঙাংনা চাউথ্রিবগী মতেং পীবা হায়না চৎনরমই। মথক্কী ৱারম অসিবু মতেং পীবগী মহুৎত মীগী লোন্দা তাংদুনা দান থাদবা হায়না খঙনরি অমসুং চৎনরি ইশানৌ ইবেম্মা, মৎক্কী ইপা ইপুগী থৌরম কায়দনা চৎননবা মালেম (পৃথিবী) দা লৈরিবা তাইবঙগী মী পুম্নমক্না মাগী মাগী কাঙলুপ্তা চৎনরিবা মরোন্দা খঙনবা লাইপাও তোয়না তোয়না চেন্দুনা খঙহনগনিদো।

## অহৌ অঙাংগা মুহিৎ থাগা উকনবগী থৌরম—

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা হায়. নোংদমলেন লাইপাউ চেনবী মমা তাও ইশানৌ ইবেম্মা। মালেম (পৃথিবী) দা লৈরিবা তাইবঙপান্দা তাইবঙ মীওইবা অসি কাঙলুপ কয়া থোক্লা লৈরিদো। লৈরিবা কাঙলুপ খুদিংমক লিচৎ, শাজৎ, (ধর্ম্ম, কষ্টম) মাম্দে। লিচৎ শাজৎ কায়দবগী মতুংইমা, মমাগী পিরক-মুংদগী তাইবঙদা মী ওইনা লাকপা অঙাংগা, মুহিৎ, থাগা উনবসু মশীং মায়দে। ইশানৌ ইবেম্মা, মতপা, ঐগা ঐথোয়

অনিনা লাংওন্দুনা লৈরিবা মৈতৈস্না লাইরৈপাক কোবা মক্তম অসিনা তাইবঙ মী শন্দোক্পা অহানবা লুমদম অসিদা তাইবঙ মীওইবনা অঙাংগা মুমিৎ থাগা অহানবা উনবগী মাগী মাৰমগা তেংগদবা থৌরমগা কোমবদি অঙাংদা থরাই যাইবিরেল শিদবনা চঙথিরা মুমিৎতগী লেৎরগা থা তরানিথোইগা মুমিৎ তরানিথোই-শুবগী মুমিৎনা করাং চঙক্রিদৌদা, করাং চঙবা হায়বদি হৌজিক্কী চৎনরিবা লোন্দা অয়ুক মুমিৎ মুংক্রিত্তে হায়বনি। হায়রিবা মতম অসিদা অসো অঙাংগা মুমিৎ থাগা উনগদবনিদো।

অঙাংগা মুমিৎ থাগা উনবদা লাওগদবা পোৎকী পোৎলম— ঈশিং থম্না হাপ্পা চকু অমা, লৈ ফজবা অনি, খোয়রু থাউবৈ অমা, মেক্রুক থাগনি, পোৎ শুনা থেনগৎলগা। অঙাং অদু মুমিৎ লৈবা মায়কৈদা মমায় ওনহল্লগা মমানা পমলগা অখঙ অহৈবা মশিক ময়াই লৈবা মীনা লাইশোনগনি, অখঙ, অহৈনা লাই-শোন হৌরমদাইদা অঙাংগী য়েৎথংবা মখুৎনা অঙাংগী মশাগী খোয়দোদা থম্বিরগা অঙাংগী লরাই লেক্ষুদা লাইশোল হোগ-নিদো ইশানৌ ইবেম্মা। লাইশোন্দি—খোয়দোবী, খোয়দোবা, খোয়দোরেল হো, রো, সো, লাংবুমরেল, হি, উপ, য়া, য়া, য়া, য়া, মুংঙাইবদো, মুংঙাইবদো, তো, য়া য়া হায়বা মথেক্লা অঙাংগী লরাই লেক্ষুদা লাইশোনগী মিংথৈ পীরা লোইরগা অঙাং অদু মমানা পুশিনগনি। মথক্তা লাইশোনবদা মৈতৈগী মীনা খুৎনা খোক্লা থমগনি। হায়রিবা অসিগী মাৰমদা থবদং শন্দোক্লা ইরুগে তাইবঙপানবদা তৌরিবা অচৎপা থরাই পানস্না পুরয়কী

মশাদা খোর কৌবা মকম অমা লৈ। খোর হাবরা মকম অসিদা থরাই পানবা অচৎপগী মশা মসুংদা লৈরিবা খোয়দো হকচাংগী য়ায়া লুরবা লাই অমা লৈবা মররা মৈতৈ ইপা, ইপুনা ইরঘা লাইরিক্তা খোয়দৌদা লৈবা মিরেল মাপলগী ময়েক মাপলনা খোয়দৌদা কোরশিন্দুনা লৈয়ে, লৈরিবা ময়েকী শক্তমদি— অ, ল, ত, প, স, ম, ঙ, অ, ত মযেক মাপল অসিদি থরাই পানবা খুদিংমকী মশা, মশাদা মখুংদমু, মপান্দমু লৈবা মরম্বা মৈতৈনা লাইশোনবদা খুৎনা খোয়দৌ পায়রিবনি। অঙাং পোক্লিবা মমা অমসুং অঙাং অনিগী ফননবা তৌবনা অশেংবনি, ফত্তনবা তৌবনা অমাংবনি। অমাং, অশেং হায়বদি থবক্তা তাকনি, ইশানৌ ইবেম্মা নঙনা মালেম (পৃথিবী) দা লৈরিবা তাইবঙ মীওইবা খুদিংমক্তা মথকী রারম থৌরম ঙসি লোন তিম্নদবা কাঙলুপ কাঙলুপকী মাগী মাগী মরোল্দা থঙনবা লাইপাও চেন্দুনা তাকদবনিদৌ ইশানৌ ইবেম্মা।

## অকো, অঙাংদা তাইবঙপানবগী

### অহানবা তরা (চাক) পীজবগী রারম—

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা হায়রকই, তাইবঙগী অঙাংদা অহানবা তরা (চাক) পীজবা থৌবগী রাগী রারম তাকলগে, মুমা তাও, নোংদমলেন লাইপাও চেনবী ইবেম্মা। তাইবঙ পানবদা পোক্লিবা অঙাংদা অহানবা তরা (চাক) পীজবগী খুদিং মনীং, থাগী মনীংদি মালেম (পৃথিবী) দা লৈরিবা তাইবঙ

মীওইবগী কাওলুপ অসি মশীং য়ামখ্রবনি. কাওলুপ খুদিংগী মাগী মাগী লোনগী মতুং ইন্না ধর্ম (কষ্টম) সু মায়দে, চাক পীজবগী থা মশীংসু মায়দে, ইশানৌ ইবেম্মা, নঙ ঐনা লেঙদনা লৈরিবা মৈতৈ স্না লাইরৈবাক্তা লৈরিবা মী পোকপী অহানবা অঙাংদা ভরা (চাক) পীজবদি মুপী ওইবা অঙাংনা থা তরুক্তা ভরা পীজগনি, মুপা ওইবা অঙাংনা থা মঙাদা অহানবা ভরা (চাক) পিজগনিদো।

অঙাংগী অহানবা ভাইবঙ ভরা (চাক) পীজবদা থোং-গদবা লাওগদবা পোংকী পোংলমদি ঙা মরম তরেং, ঙায়ু, ঙাখা, ঙাচিং, ঙাসেপ. ঙা শারেং, ঙাতেন, ঙাহৈ, ঙাতেন, ঙাহৈ ফং-ত্রগা মতম মতমদা ফংবা য়াওবা য়াই। মথকী ঙারম মঙা অসিদি য়াওদবা য়াদবনি। থোংনবা এনশাংগী মরমদি এলাং. কেঙোই. পেরুক, কোমপ্রেক. এনদেম, য়াওদবা য়াদবনি. পোং-শক অনি অমদি মতম. মতমদা ফংবা পোংনা মরম তরেং শুনবা হাপকনিদো। চক্কু শীজিনত্রিবা অমদা ঈশিং থম্না হাপ্না অমা, লৈ ফজবা অনি, স্না, লুপা, ফৌ, লাইখিক, খুঙ-খুংলাই, থোয়রু থাউমৈ অমা, মেক্রুক খরা, অঙাংনা ফম্নবা ফি অতোবা অমগা লোয়ননা লাওগনিদো। অঙাংগা ভরা (চাক) পীজবা মতমদি মুপীগী থা তরুকী মসুংদা, মুপাগী থা মঙাগী মসুংদা অফবা মুমিৎ, ঈ খুদেং, লাই খুদেং লৈতবা, ভৎনবা লৈতবা. থরাইনা পুকতা লৈবা. থরাইমিচাক অচঙবা লৈবা অফবা মুমিৎকী মুমিৎ য়ুংত্রিরৈঙেদা হায়রবনি, হায়রিবা মতম অসিগী মসুংদা থৌরম লোইগদবনি।

অদো অঙাংদা চাক ইন্দ্রিয়দা তৌগদবদি মা, লুপা, কৌ, চাইরিক, খুৎশু খুৎলাইবু মকম চানা থেনগৎলগা, থমলিবা পোৎকা মায়য়োন্না অঙাংবু কি কজবা অমদা থম্লগা অঙাংনা পান্বা মিৎনা উবা কংদবা থরাই য়াইবিরেল শিদবনা নীংবা অমা শোয়দনা অঙাংনা পায়গনিদে। অঙাংনা পান্বা পায়বা অসিসু লাইরী সাক্তীগী থৌরম অমনিদো ইশানৌ ই.বম —

মথংদা ময়েক্তী লাইশোন, খোন্থোক সেংত সেংত, সেংত, সেংত বাহৈ মরি অসিনা তাকলি, বারমদি উদবা উয়ো, তাদবা, তারো, খঙদবা খঙঙো; হৈতবা হৈরো, শিংদবা শিংও, চাদবা চারো, শেৎতবা শেৎলো, কন্দবা কনলো, হায়রিবা বাগী বারম নিপাল অসিদি মপালগী খঙনবা বানে; মতুংগী বাদি অখঙবা অহৈবদা তম্লগা খঙগনিদে। ইশানৌ ইবেম্মা। অঙাংদা অহানবা পীজবদা সাক্তী ওইবগী বারম হায়গে তাও—ইশানৌ ইবেম্মা মালেম অনেন্মদা লৈবা তাইবঙ মীওইবা অঙ্গো। অঙাংদা তরা পীবা অহানবা মতমগী সাক্সিদি থরাইমিচাক মপী তরেৎলি, মপী ওইবা থরাইমিচাকী মিংথৈদি—(১) অসিনি ৬৭৪, (২) হারাণি ৫৬৪, (৩) কাতৃকা ১৪১ (৪) লূহিণি ৬৭৪ (৫) মিগাশিরা ৭৪৫৭, (৬) আতারা ৬৪৭ (৭) অনপশু ৫৪৫৭ নি থরাইমিচাক মপী তরেৎপু কৌবা লাইশোন্দি মতুংগী বারমনে।

মথংদা অঙাংদা তরা (চাক) ইনবগী বারম হায়রগে তাও ইশানৌ ইবেম্মা, তাইবঙপানবদা পোক্লবা অঙাংদা অহানবা তরা পীজবদা ময়েকা কোন্নবা লাইশোন্দি—অহানবা চুংথোম

লুরৈদি (ম) ময়েক্কগী থোকপা ম্রাহৈ চিংখোং পোইরৈতোন ভুরেল মোংবা ভোরৈ ভুখুল ইম্না মুৎফজ্রবা মৈ, থরাই মঙা ফানবা চাকনে। অনিশুবা চখোম লুরৈদি (ঋং) ময়েক্কগী থোকপা ভুরেল মোংবা ভোরৈ ভুখুল থেকপা য়াম্বগুম্বা মুৎফজ্রবা মৈ হকচাং চোয় চোয় চাবনে। অহুমশুবা চখোম লুরৈদি (অা) ময়েক্কগী থোকপা ভুরেন মোংবা ভোরৈ ভুখুল চুম্ব য়াম্বগুম্বা মুৎফজ্রবা মৈ, হিগো য়াইগো চাকনে। মরিশুবা চখোম লুরৈদি (শো) ময়েক্কগী থোকপা চিংশাং খোয়রেন মহিৎম্বা মুৎফজ্রবা মৈ, ইপা, ইপু মশক খঙনবা চাকনে। মঙাশুবা চখোম লুরৈদি (ক) ময়েক্কগী থোকপা পাররি, পুরারিগী মুৎফজ্রবা মৈ, মাকেম ভাইবঙ পানবগী পাউভাক মিংচৎ চাকনে, চখোম লুরৈ খুদিংগী মম, মম, কুৎ, কুৎ হায়না অঙাংদা ভরা (চাক) ইনগনিদো ইশানৌ ইবেম্মা। তরুকশুবা চখোম লুরৈগী রারম হায়গে।(ণ) ময়েক্কী থোকপা থরাই মঙা মিরেল মাপলগা থানা মাঙফজ্রবা, মুৎফজ্রবা মৈ। মিরেল মাপলগী মিংথৈরেদ্দি হি, অঙো, মিং, মিং, কোণ, কোণ, মিরেল মাপলগী ময়েক্কী শক্তম চ, চ, চ, অ, অ, অ, ম, অময়েক নিপাল অসিনা য়ৈনবগা ওইবা অং, অং লিক কৌয়ে, লাইমিংদি খারি মল শেনবা কৌয়ে। মথক্তা হায়রিবা অঙো অঙাংদা ভরা চাক ইনবা অসিদি মুংগী রারোলদা থরাই শেন্নবা লাইগী চাক ইনবা হায়নম্ম কৌয়ে।

মথক্তা হায়রিবা ময়েক্কী লাইশোনগী রারম পুন্নমক অসিদি ইপা ইপু ভাইবঙ মীওইবনা লাইগী চহিদা চহি লিশিং অহুম

অহুমদা তাইবঙ মীগী খোয়রেল ওইবা মতমদা শোয়খিবা লাইশোনগী থৌরম অসি হৌজিকমক মৈতৈ স্না লাইরৈপাক্তা লৈবা অথওবা মৈতৈ লাইরিক নীংথিনা হৈবা মীনা অঙাংগী চাক ইনবদা শোয়রিবা অসিদি মালেম তাইবঙপানবগী হিক্তা য়াইক্তা মিরেল মাপলবু কাজিনবা চাকনে। ইশানৌ ইবেম্মা নোংদমলেন লাইপাও চেনবী নহাক্লা মথক্তা হায়খ্রিবা অঙাংদা চাক ইনরা (পীজব) গী তীলশোল লাইশোল ময়েক্তা কোয়বা অসি মালেম (পৃথিবী) দা লৈরিবা তাইবঙ মী খুদিংদা মাগী মাগী মরোল্দা খঙনবা তোয়না তোয়না লাইপাও চেনগদবনিদো।

## মীওইবনু মাবা শিবা তম্বিবা

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা নোংদমলেন লাইপাও চেনবীদা হায়রকই - মুমা তাও, ইশানৌ ইবেম্মা, মালেমদা লৈরিবা থবাই পানবা পুন্নমক অসি চক তায়বদি যুগ হায়রিবা অসিগী মরোং লেপত্রিবৈগী মমাঙদা লৈরবনি হায়বা য়ারোল তাবদা, নোংদমলেন লাইপাও চেনবীনা নোংদমলেন লাইপাও চেনবদা হায়জরকই, ইশাবী নুংঙো নঙদি তাইবঙ লমদাং থাদোকখি-গদৌরে, তাইবঙ মীওইবা অসিনা শিবা হায়রিবা অসিনা কয়ল্লা শিরিবনো; তাইবঙ মীনা লাকপগী মরোংবু ননাও লাইবক থীবী ঐদি খঙজদে তাকপিরমউ। ইশানৌ ইবেম্মো বাখল চোইদনা পুক্লিং চঙনা তাও, তাইবঙ মীওইবনা লাকপা, (পোকপা) হন-খিবা (শিব) গী বারমদি—ইপাগী লাইকম ময়েক অ, ম, খ,

ভ, হ, ময়েক মশা অসিগী মিংথৈনা খোঙো কৌই। ইমাগী লাইকম্ ময়েক ও. খ. ক, ধ, চ, ম, ময়েক তন্নকী মিংথৈনা অ কৌই। হকচাং কান্নাৎ মাপলগী ময়েক অ, ল, ভ, প, স, ম; ও, অ, ঙ, ময়েক মাপল অসিদি মুং পান শুরবা মরেক্নি। ইশানৌ ইবেম্মা হ, ন সো ঐনা হায়রিবা নানম অসি মুন্না তাও, ইশানৌ ইবেম্মা পুকনিং তপনা তাও। মালেম (পৃথিবী) দা লৈরিবা থরাই পানবা অচংপা চংতবা পুন্নমকী কম্বালগী মরেক হায়গে তারো ইশানৌ ইবেম্মা লাইগী লোন্দা ঈশৈশকপা কৌবা ভাইবঙমীগী লোন্দা মুংভাইবা হায়রগা খঙনরিবা অসিগী শকনকমগী কম্বাল মরেকতি স্না, ৱোং, ৱোং, নং, কেক, হিক, ৱোং, ৱোং অ, শি, শম, পিং কৌবা কম্বালগী তিনকমগী মরানদা থান্নিবা অহুব কম্বাল কৌবনিদো ইশানৌ, ইবেম্মা, কম্বাল হায়রিবা অসিদি কোরৌ. মালেম (পৃথিবী) গী মকম পুন্নমক্তা লাই অমসুং ভাইবঙ মীনচিংবা থরায় পানবা পুন্নমকী মশাদা মালেমগী মকম পুন্নমক্তা লেংদনা লৈরবা পোৎশক্নি।

## কোরৌ মালেম (পৃথিবী) দা লৈরিবা পোৎশকী পোকপগী মরেক

নোংদমলেন লাউপাও চেননবা নোংদমলেন লাইপাও চেনবীদা হায়, মুন্না ভারো ইশানৌ ইবেম্মা মরেকী শকম ল, ও, ভ, স, প, হ, স, ন স, ম, হং, নং, সং, হ, র, স, স, ন হ, ন, হ, স, নপ কৌবা লেঙদবা অঙংবা মরেকগী মুংশিং (মহিরেন)

থোক্লকই, মহিরেন্দগী ঈশিং থোক্লকই, ঈশিংদগী মৈ থোক্লকই, ইবেম্মা সুংশিং শিংতনদি ঊনা লেচদেদো সুংশিং শিংত্রবদি থবায় পানবা পূম্নমক পোকতবনি থৎউ ইশানৌ ইবেম্মা।

নোংদমলেন লাইপ্যাও চেনবী ইবেম্মা; থবায়পানবা পূম্নমক পোক্লবগী মরোং হায়রগে তাও। তাইবঙ পানবগী মপু থোকলুরো থোও মওতাক অহোংবনা থবায় পানবা তাবা পূম্নমক পোক্লবা থোয়জি, থোয়য়াদা মিহুম্নবা গর্ভ নাক্তা ফি য়াম্নবা, হৈয়াংগুম মপাল শানবা, হাওজিংগুম, মরু পাম্নবা তাইবঙমীগী লোন্দা পেনাগী চৈজিংবু পায়থৎলক্লে, পেনা থোংলকপগী রি, রি রি, রি, রি, হায়বা থোঞ্জেল থোক্লকপদা মায়কৈ মরি শুংনায় নিপাল, পোইরৈ হুক্ষুমাথোই শীনবা থুংনা সুংশিংনা রি, রি, রি. রি, রি, হায়না শিংলবদা থকী জগোই শাবী তরেৎ, থাগী জগোই শাবী তরেৎ, তরেৎ অনি তরামরিসিদি. থকী লৈহৌ লেম্বী তরেৎ থাগী লৈথালোম্বী তরেৎ, তরেৎনা, রি, রি রি, রি, রি, হায়না জগোই শাগৎলকলে। মতম অসিদা তিল্লী ম্না তরংবা শিঙ্কি থোম্বনে, অনিনা রি, রি, রি, রি, রি, হায়বা পেনাগী থোঞ্জেলগী ভুংইম্না মালেমদা পোকদৌরিবা থবায় পানবা পূম্নমকী তিকথুং লাইথুং পান্দনবা, পাজল কম্নবা, মহৈ হৈনবা মচাক মরন লৈননবা, মশক, যকনবা, কোরৌ মালেমদা লৈরিবা থবায় পানবা পূম্নমকী থোয়দোদা য়ৈবা পূংদগী তাইবঙ মী পোকপনি। পূংগী পূংলোন্দী পেনাগী থোঞ্জেল রি, রি, রি. রি, রি, গা চানবা পূংগী পূংলোন কক্রাতিং, কক্রাতিং, পক্রাতিং, পক্রাতিং পামা,

পাসা, শাও, শাও, নুংগী পুংলোয়া. রি. রি, রি. রি. রি, হায়বা খোম্হোক্তগী মী পোকপনি. রি, রি, রি হায়বা খোম্হোক্লা নেমথরকপদা তাইবঙ মী শিবনি ইশানৌ ইবেম্মা নোংদমলেন লাইপাউ চেনবী। মথক্তা হায়ব্রিবা য়াম পুম্নমক অসিবু থাদা, সুমিত্তা পাউজেলগনি। পাউজেলদি থা থা থাকুংদোন মুংশিবা শনাও ইপাও চেনসি থাজা থানিংথৌ সুমিৎ শিংয়েল মুংশিবা নপাও চেনসি হায়বা য়াহৈনা থা, সুমিত্তা পাওদমগনি ইশানৌ ইবেম্মা। কাউফদবা য়ানে।

## তাইবঙ মীওইবগী মামা, শিবা তম্বিবা লাইপাও।

মোংদমলেন লাইপাও চেনবনা নোংদমলেন লাইপাও চেনবীদা হায়রকই মুন্না তাও ইবেম্মা তাইবঙ মীনচিংথা মালেম (পৃথিবী) দা লৈরিবা থরাই পানবা পুম্নমক অসি চক (যুগ) হায়রিবা অসিগী মরোং লেপত্রিডৈদগী লৈরকলবনি। মতম অদুদদি থরাই পানবা পুম্নমক অসি চহি মতম শাংনা পুন্সি খোয়রেন ওইরমই। তাইবঙ মীওইবগী পুন্সি খোয়রেন্দি মতম অদুদদি মীওইবগী পুন্সি লাইগী চহিদা লিশিং অহুম অহুম ওইরমই। চক (যুগ) হৌবদগী মীওইবগী চহি মশীং থরা, থরা, হন্থরকপনা সুমিৎ কুন্থ্রানা থা অমা শাবা চহি চনি য়াহৈদা মীওইবগী পুন্সি খোয়রেন লেপকনিদো ইশানৌ ইবেম্মা। মথক্তা হায়ব্রিবা মীওইবগী চহিগী য়াম অসি চক, মরি (যুগ

মরী ) না মথং মথং চক মরি ( যুগ মরি ) শুরগা অমুক হোবা অসিনা চক ( যুগ ) কুনগা লিপালশুবা কোম্নাচক ( কলি যুগ ) তা ওইবা চহি চনি ম্নাথেনিদো ইশানৌ ইবেন্মা। মথক্ত হায়রিবা চক ( যুগ ) কুনলিপালশুবা অসিগী মমাওদদি তাইবঙ মীওইবা পুম্বমক শিবা মনীং তমলমী। শিবা মনীং তম্নবা মতমদা শিবা মীদি মৈদস্থু থাদোক্কে। ঈশিংদম্ব থাদদে, লৈপাক্কম্ব কুমহে। তাইবঙগী মীনা শিরগা মৈদা থাদবা, ঈশিংদা থাদদবা, লৈপাক্কা কুমদবগী রায়মদি মতম অদুগী মীদি. মী মহাক অদুনা মালেমদা লৈরিবা থরাই পানবা অসিগী মমুংদা ওইনীংবা অমা ওইখি। তাও, ইবেন্মা, নশাবী ঐনা হায়রিবা তাইবঙ মীনা থরাই পানবা ওইনীংবা অমা ওইবা ওঘদী রায়মদি তাইবঙ মীওইবা হায়বা অসিদি মালেম ( পৃথিবী ) দা লৈবা থরাই পানবা পুম্বমক্কগী রাখল হেনবা, লৌশিং হেমবা, মতিক ময়াই হেনবা, লৌশিং হেনবা, মতিক ময়াই হেনবা লাইম্নোন্দা তোক লিশিং অমা পানবা তাইবঙ মীওইবা মরম্না শিরগা ওইনীংবা ওইবা ওঘনিদো ইশানৌ ইবেন্মা। নশাবী ঐনা হায়রিবা রায়ম অসি নপূক্লিং চিংনগম্নু। অসিগী মতুংদা থোনগদবা রায়ম হায়গ ইশানৌ ইবেন্মা। মুম্না তাও, কোম্নাচক কোবা অংতাপ্প কাওমুপকী লোন্দা কলি যুগ কোবা চক অসি পুবা লাইনা তাইবঙ মী ওইনা লাংওন্দুনা লিংথোগী থুডম লোহুনা হায়বদি মৈতৈ ম্না লাইরেপাকী কংলেগী মগুংদা লৈবা হৈবোক কোবা লমদা মিংথৈনা তিরথাকপা কোনা লিংথৌ ওইহুনা পাম্নগনিদো হায়রিবা লিংথৌ

অসিনা কংলৈপাকী তাইবঙ মীওইবনা নিংথৌ ওইবগী মনুংদা ইহান হানবা নিংথৌ তিনথাকপা কোবনা মালেম (পৃথিবী) পুম্নমকী মকম মকমদা লৈবা হী. মাই থোকহনবা ওহৈ অমসুং থবাই পানবা অচৎপা পুম্নমকী পুকী মনুংদা লৈবা পোৎশকপু হায়বা অমসুং থওবা ওহৈ লাইরিক পুম্না তিন্নীথোং কোৱা থোংদা থাদহনা মাওহনগনি, লাইরিক পুম্নমক মাওথৎবা তুংদা মীওইবগী নাবা শিবা হায়রিব লিচৎ শাজৎ অসি হৌরগনব-নিদো। নোংদমলেন লাইপাও চেনবীদা নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা হায়রকই। নোংদমলেনা লাইপাও চেনবী মুম্না তাও, নওম্না, ঐগনা তাইবংমীদা নাবা ওম্বগী থৌরমগী মাবোংদি কোরৌ মালেম-দা লৈরিবা সুংশা হোনবা. সুংশা হোন্দবা হায়বদি সুংশাদি হোনবা য়েংবদা সুংশা হোল্লী হোন্দে থওদবা মালেমদগী হৌবা পোৎপু সুংশা হোন্দবা হায়না লৌনৈদো। সুংশা হোনবা পুম্নমক্তা অরিববু নৌননবা, অনৌববু. লিননবা অরিবা লোলবু অনৌবা লোলনা লাইগী পাও ওইনা তাইবঙ মীদা থারোয়, লাইরোয় থুংনা ঐথোয় অনিনা তম্বিবা হৌরগনিদো হায়রগা নোংদমলেন লাইপাও চেনবগা, নোংদমলেন লাইপাওচেনবীগা অনিনা. মালেম (পৃথিবী) থুংনা লাইপাও চেন্না. চেন্না চৎলকপদা, লাই অনিগী মাও-তুংদা, নাক য়েংভা তাইওরমীনা লাইগী পাওবু তানাংবনা লাইপাও চেনবা লাইপাও চেনবী অনিগী মরাক্তা ইন্দুনা থা-লোয়, লাইরোয়দা ইমরক্লে। তাইবঙমীনা লাইগী পাওবু পামদে থঙলহনা নোংদমলেন লাইপাও চেনবীনা, হায়রকই

নমাও লাইবকথীবীগী পামুবা, মসুংশিবা নহাক্না থমসুং শাব্রা তান অমংগী য়াইথোং কুম্নবদা ননাও লাইবক থীবীনা মতৌ করম্না তাইবঙ পান্দা পানহৌগনি হায়বা মপাও অসি তাবদা নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা-হায়রকই। ইশানৌ-ইবেম্মা, নশাবী ঐন্দা নোংদম্লগা থম্নমগদৌরিবা থাইনগী লৈরাং অমনবু (হায়-বদ্রি শিবগা মালেমদা তাক্নুনা লৈহৌরিবা হকচাংবু হায়বনি ) ইশানৌ ইবেম্মা, নশাবী ঐগী থরায় য়াইবিরেল শিদবনা থা-দোক্নুনা চংথ্রুবা হকচাং অসিবু থারাইথক্না লৈহাপ্নগুম লৈরোং লাইদা কংকদবা য়ারম্ম হায়গে ইশানৌ ইবেম্মা। পুক্লিং তপ্না তাও, নাবা তম্বিবগী য়ারম নোংদমলেন লাইপাও চেনবগা; নোংদমলেন লাইপাও চেনবীগা অনিনা তাইবঙ মীওইবদা নাবা তম্বীরমগে নীংহুনা মকায়ফমদা হায়বদি ( হামা চঙবা হায়বনি) ইমা তেম্রিক হঞ্জিনবী, থম থমজেংসুং পায়মা পিবুকসুংদা লৈবী মালেম ( পৃথিবী ) গী তাইবঙ পানবগী স্না ফম্বাল লাংদা কম-লিবী স্নাগী থম্বালবু য়েংথংবা খুংনা পায়রিবী, লুপাগী থম্বালবু ওই থংবা খুংনা পায়রিবী স্না-নোংজ্রেন খোম্বি সুং,পান শুনা লৈবী ইমা লৈমরেল শিদবীগী মকায় ফমদা ইনশল্লক্লে ( য়ুমদা চঙ-লক্লে)। নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা হায়রকই। ইশানৌ ইবেম্মা লাইপাও চেনবী নশাবী ঐগী হকচাং অসি হৈয়াং নাহে চল্লী তেক্তা লায়কোই; চুরকই, হৈয়ুম, মসুং চঙকই, খোংঙাং কাওবী হৈনা; মশা নিকলকই; হায়রিবা য়ারোল অসি হৌজিক্কী লোন্দা তু চুংনা নিংথম চল্লী হায়বা য়ানি। লাইপাও চেনবনা হায়বা য়ারোলবু

তাবদা লাইপাও চেনবীনা, ইমা লৈমরেল শিদবী সম্না নোং- ত্রেন খোম্বীগী ভাংলৌ খাদা লাইপাও চেনবীগী হরিনিংনাং খোইমু নোং শারিক বুম্বী মপাওখোলবু তমজরকই, ইমা ইবেম্মা নপারি লাইপাও চেনবা অসিবু হৈরাং নাহেচন, তেক্তা লাই- কোয়চন, হৈয়ুম মসুংচঙ, খোংতাং কাওবী, হৈনা নিকলে হায়জবা য়ারম অদু তাবদা ঈমা লৈমরেলনা হায়বিরকই ইবেম্মা অমোবা খাগীলং, মুগালং, শেনবী লং তনগন লংনা শাবা কজবা ফি মচু, মচুগী ফিনা, মায়থা মরোল, ফৈজুপ মারোল, অমসুং মোয়াং শাদুনা হৈরাং নাহে চন্দুনা য়াহিপ তাহলো (নারে) মশাবীনা য়াহিপ তম্লবদা মশানৌ লাইপাও চেনবীনা অনাবা লাইকয়বা (সেবা তৌবা) হোরে অনাবনা চাবা য়াবা, অহাওবা, মশক কজবা পোৎ, থরুবা অরুবা ঈশিং, মনম সুংশিবা কজবা লৈ মথল মথেল নাইনা নারিবা মশাবীগী মাগুদা থেগৎতুনা থমলে।

## লাইপাও চেনবা লেপখিবগী মাকদু তাইবঙ মীনা থিবা।

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা হায়রকই, নোংদমলেন লাইপাও চেনবী মুন্না তাও নগা, ঐগা ঐখোয় অনিনা লাইপাও চেনবা হেক লেপখিবদা তাইবঙ মীওইবনা ঐখোয়বু থিরকনিদো। থিরকপা মতম অদুদা ইশানৌ ইবেম্মা নগনা নশাবী ঐনা হৈরাং নাহে চন্দুনা নারিবা অসি তাইবঙ মীবু পামহন্নবা য়াম্না কজনা অহাও, অহাওবা চানবা, থরুবা অরুবা ঈশিং, কজবা

মনম সুংশিবা লৈ মথল মথলনা মথল মথেল নাইনা থমগনিদো। অসুম্না পাওযেম্নরিঙৈগী মতাঙদা তাইবঙ মী মরুপ, মরুপ্না লাইপাও চেনবা লাইপাও চেনবী অনিনা চঙখিবদি, ইমাম্না নোংজ্রেন খোম্বি লৈমরেল শিদবীগীদনি হায়না শঙ্গায় তম্না চঙশিল্লকুনা ইশা লৈমরেলগী মাঙ্গোল খেনচং লাংদা তাইবঙ মীনা চোননা তিল্লরে। তাইবঙ মীনা তিল্লবা উবদা, নোংদমলেন লাইপাও চেনবীনা, মশাবী নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা হৈরাং নাহেনা হিপলিবা অহুগী মনাক্তা লৈহুনা মশাবীগী খোঙদা শিৎনানলি, পাম্বোমদা অমুক নানলি, হকচাং অমুক নানল, ঙহাক লৈরগা কম্নবা অহাওবা হৈ অমা পাইজ্ঞে, ঙহাক লৈরগা ঊশিং অরুবা থরা পুশিন্দুনা পীথকই, ঙহাক লৈরগা মনম সুংশিবা লৈরাং অমা মনম নমহল্লি। অসুম্না অতৎপা লৈতনা মশাবীগী অনা লাইকম্নবগী মওং মতৌ উবদা তাইবঙ মী ওইবনা অমগা অমগা চিবোন চিবোন হায়বদি লোম্না রাঙাওনবা হৌরে। নাবা হায়রিবা অসিদি যাম্না সুংঙাংখ্রবা মওংনি অনাবা অসি তাইবঙ মী ঐখোয়দা পীরো হায়না রাতাম্নহুনা লাইপাও চেনবীদা হায়জরক্লে। ইমা, ইপানা তৌরিবা অসিবু করি তৌরিবনো হায়না হংবা হৌরক্লে। তাইবঙ মীগী মপাওবু তাবদা নোংদমলেন লাইপাও চেনবীনা হায়রকই। তাইবঙ রাথি মুন্দবশা! নপানা তৌরিবা মরোং অসি নখোয়না খঙবা যাবা রারম নত্তে, হংগনু হায়রকপদা, তাইবঙ মীওইবাময়াম্না ইমাগী পুকনিং সুংঙোলনলি মাংলে হায়রুনা তুমিন, তুমিন্না মযুমদা হঙ্গিনথরে, ঈসুং শোঁয়রে

(নোংঙালে) ইঁশানৌ ইবেম্মা ভাইবঙ মী পোক্লি,ঙৈদা নহাক্লা ভৌগদবা নথৌদি নোংমা নোংমা চানবা পোৎ থক্লবা ঊশিং লৈনচিংবা পুম্নমক অনৌ, অনৌবা হোংহ্নবা থমগনিদো নশাবী ঐসু নোংম-নোংমগী নাবা হেন্নংকনিদো। নাবনা হেক্তিল্লবদি লাইনিংথৌবু কৌরগা য়েনগী য়েহ্লিং থাগদবনি হায়বা ৱাহৈনা পাওমেননা ভাকলিঙৈদা ভাইবঙ মী মপৈ, মপৈ য়ৌরক্লে! ভাইবঙ মীনা য়ৌরকপা ঊবদা অনাবা তম্বীব্লিম্বা নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা হায়রকই। ইশানৌ ইবেম্মা নহাক্লা ঐবু থাদোকনু। ঙসি নোংলেন নোংঙাদি নশাবী ঐগী হকচাং অসি য়াম্না ঙমখিদরে। ইবেম্মা নশাবী ঐহাক অসে নোংমলবা ভারমাল্লে; ইবেম্মা নঙনা য়েহ্লিং থানবা থৌরাং তৌ হায়বা বারোল ভাবদা ভাইবঙ মীনা হংলকই, ইমা! ইশাবু করি তৌরবগে? নোংমলবা হায়রিবা অসিনা করিনো হংলবদা, ভাইবঙ ৱাথি মুন্দবশা! নোংমলবা হায়বদি শিববুনি হায়বা ৱা ভাবদা অমুক হন্না হায়রকই; শিবা হায়বসি করম তৌবগে; শিবা হায়রিবা মওং অসিদি য়াম্না মুংঙাইবা মওংনি ভাইবঙ মী নখোয়দা ভাকপা য়াদে হায়রবদা ভাইবঙ মীনা ইম্না নাবা, শিবা হায়রিবা অসি ঐখোয়দা পীবিরো হায়না য়াম্না পান্না ঊরবদা ঐনা নপাগী নাবা-শিবগী থৌরম তৌবা পুম্নমক ভাইবঙ নখোয়না মুম্না য়েংউ, মুম্না ভাও, খঙলগা, ঊরগা কাউরোইদবা মওং ঊরগা শোয়দনা ইমানা পীগনি অমুম্না ভাইবঙ মীগা লাইপাও চেনবীগা ঙাঙনরিঙৈদা লাইনিংথৌ মাইবনা য়েহ্লিং থানবা থুংলরে।

## য়েহিং থাবগী মরম।

লাইনিংথৌ ভেন্দ্রিক হখিনবা, থম, থমজেৎনুং মাগী কম্বাল লাংদা কম্নিবা মাগী খম্বালবু য়েৎথংবা থূৎনা পায়রিবা লুপাগী খম্বালবু ওইথংবা খুৎনা পায়রিবা খোয়ুম লাইনিংথৌনা মুংগী হিদাক, পানগী হিদাক মরম চামানিপালবু অনাবা পরে হমবা থাবদা অনাবদি পরে থাবা ওমদরে। থাওজু মুংদা লাইজখিক-ফেন চাইবগুম্না খোক্রবনিনা য়েহিং থাদুনা অমুক্তং য়েংসি হায়না হায়রকলে। অঙাঙবা য়েনদি পাওতাক য়েন অমুবা য়েনদি কৌ◌ৌ এন, অঙৌবা য়েনদি য়েহিং য়েনবু লাইনিংথৌনা পারি নওগী অনাবা পরে থানবা হায়দুনা লময়াই কায়দা য়েন মখল অহুমবু পুথোক্লগা য়েনগী মখোঙদা মা কোনয়াই, লুপা কোনয়াই চন, থিংথৌ অঙৌবগী খুদোপ্পা য়েনগী মখোঙদা শিবিদুনা য়েন অহুমবু লময়াই কায়দা য়েহিং থারেদো। ইশানৌ ইবেম্মা নশাবী ঐগী অনাবদি পরে হমক্লেদো।

## শিবদা চেক্লপদবা পোৎকী মরম।

নোংদমলেন লাইপাও চেনবীগা ইশানৌ ইবেম্মা নোংদমলেন লাইপাও চেনবীদা হায়রকই। মুম্না ভাউ, নশাবী ঐনা নোংমল্লগা (শিরগা) হাপকদবা পোৎ, শেমগদবা মওং হায়গে ভাও, ইশানৌ ইবেম্মা! মাইথা মরোল অহুম, কৈজুপ মরোল অহুম; মোন অমা, মাইথুম কি অমা, খোঙবী অনিগী শেনগাও অনি, খুবী অনিগী শেনগাও অনি, খোয়দোগী শেনগাও অমা

হায়রিবা মকম মতাগী শেনগাও মতাদা তুরেংকী শেনজা হাপ-
কদবনি। হায়রিবা মায়থুম ফি অসিনা ইবেম্মা ঐনা শিরগা
নঙগা ঐগনা হৌজিক ওইরিবা মায় অসিবু কুপশিনগা লুখম্না
মাও থাদুনা চংলগদবনিদো।

## তাইবঙ মীনা শিবদা থাওজা তরেংকী শেঙ্গা হায়রগী মতম

তাও নোংদমলেন লাইপাও চেনবী ইবেম্মা, ইমা লৈমরেল
শিদবী তেম্রিক হঙ্গিবীনা (নোংমলবা) (অশিবা) তাইবঙ মী
পুন্নমকী হৈয়ি কৈথেল কৌবা কৈথেল অমা শেম্মিদুবা থমলি।
থমলিবা কৈথেল অদুদা ইশানৌ নঙনা নশাবী ঐগী দমক খোঙগী
থুংকী শেল অসিনা খোয়দৌদা লৈরিবী যুরেপ লৈমা লুজাওবী
কৌবী ইমানা নশানৌ ঐবু পুন্নগা হৈয়ি কৈথেলদা য়োন্নরিবা
অহাওবা মনম মুংশিবা লৈ, ফজবা ফি, নীংথিবা হৈরাং, কৈবি-
গদৌরিবনিদো ইশানৌ ইবেম্ম; ইমানা লৈবিরিবা ফিগী মমিংদি
ফিজি মারি শিকা মরিনশুরবা ফিনিদো। ইমানা লৈরিবা ফি অসিগী
মরোলদি য়াম্না থুপ্না লৈথ্রবা মুংগী বারোল অসিদি মুমিৎ, থানা
মাওত্রিবা মথৈ মাওকত্রবা শেংথ্রবা লোলনি খঙউ, ইশানৌ ইবেম্মা।

## লাই অনিনা পাউমেন্নবগী বারম

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা হায়রকই, ইশানৌ ইবেম্মা
নোংদমলেন লাইপাও চেনবী, নঙগা, ঐগা ঐখোয় অনিনা
মালেম (পৃথিবী) শিনবা থুংনা, থারোয়, লারোয় কোয়না

মানবী পাপোৎ যন্না ভৌবগুন্না লিপক্লা লাইগী পাউবু চেন-মি ময়রদো. মানবী লিপক থোরী তংলন্নুনা ইশানৌ ইবেম্মা নওনা তাইবঙ পানবদা নোংমা নিনি কোন্না লৈহৌবা তারেদো, অমুম্মা লাইপাও চেনবীগা লাইপাও চেনবগা পাউমেন পুকমেন্নরকপা মতাং-দা মাইকৈ ওানবা লাইনা অনাবা হংবা লাকপন্ন থুংওরে। ইশা-নৌ ইবেম্মা মায়কৈ মরি শুইদায় মরি পুরিবা লাই নিপাল অসিনা নশাবী ঐনা নোংমন্নগা (শিরগা) তাইবঙ হকচাং ভুম্নকমগী লমলৈ-মগী শাখি ওইগদবা লাইনিপাল অসিগী মিংথৈদি (১) করি কোবা (২) কান্না কোবা (৩) নোংদমথুবা কোবা (৪) পিশাত্তাও কোবা (৫) উরৈবা কোবা (৬) উশিংবা কোবা (৯) য়ুসেন কোবা (৮) য়ুহা কোবা লাইনিপাল অসিনিদো ইশানৌ ইবেম্মা।

## (অশিবা মীগী লম লৈবগী বারগ)

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা, নোংদমলেন লাইপাও চেনবীদা হায়রকই, মুন্না তাও, ইবেম্মা নওস্ন. ঐস্ন কোরৌ মালেম (পৃথিবী) দা লৈরিবা থন্নায় পানবা অচৎপা, চৎতবা, মুংশা হোনবা, মুংশা হোন্দবা মালেমদা লৈরিবা. পুন্নমক অসিবু শেমবীরিবা, য়োক-পিরিবা লাইদি, লাইনিংথৌ. লাংবন থোয়মু, থোয়দোং যল শেনবা কোবা লাইনিংথৌনা তাইবঙ পানবদা লৈরিবা থন্নায় পানবা. পুন্নমকপু, পোকপদগী শিবা ফাওবা. অয়ুক ওন্না কোন-থোকপা. মুমিদাং থেঙনা কোনশিন্দুনা কাওরেল যল শেনবগুম, শেনবিরিবনি। ইশানৌ ইবেম্মা, নশাবী ঐনা নোংমন্নবদা তাইবঙ

ককচাংনা শিরবদা ঐগী থৌরমগীদমক ইশানৌ নঙনা লময়াই কায়দা তরেৎকী শেপ্পা থাডুনা লম লৈগনিদো। লম লৈবগী বারোন্দি, নশাবী ঐগী থরায় অসি ওসি কৌবা মুমিংতগী লাইনিংথৌ লাংবন খোয়মু খোয়দোং বল শেনবনা খেনবা য়াওররোই হায়বা খঙনবা মায়কৈ ঙানবা (ঙাকপা) লাই নিপালদা তরেৎকী শেপ্পানা শাখী ওইনা রাথৈবনিদো। মথক্তা হায়খিবা বারোনগী থৌরম অসিদি তাইবঙ পানবগী মীনা চানাও, শুনাও ফাওবা কায়দনা লৈগদবা চৎনগদবা লেঙহনবা মথৌনি ইশানৌ ইবেম্মা।

## তাইবঙ মী শিরগা মৈথা লৈপাক্তা ফুম্বগী বারোল

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা নোংদমলেন লাইপাও চেনবীদা হায়রকই, মুম্না তাও, মুমিৎ থানা মুৎত্রিবা ফাওবা লেঙদনা চৎনরগদবা থৌরমগী বারম হায়গে। মালেম (পৃথিবী) দা ঐগা নঙগনা তম্বিরমলিবা থৌরমগী মরোং অসিদি তাইবঙ মী কনানসু ককপা। ঙমলোইদবা রাগী মথৌ মশিন্নি মালেম (পৃথিবী) দা লৈবা তাইবঙ মীনা শিরগা মৈদা থাদোকপগী থৌরম অসি মায়দে, মায়দবগী মরমদি মালেমদা লৈবা তাইবঙ মীনা মা মাগী লৈফমগী থর্মা লোন অমস্তুং অঙৈবা অশাবা তিন্নদবা, মায়দবা মরম্না শিবগী মৈথাবসু মুমিৎ অমস্তুং মতম মায়দে। লৈপাক্তা ফুম্বা কাঙলুপকীসু মুমিৎ মতম মায়দেদো। ইশানৌ ইবেম্মা, নঙ, ঐগা খারোয় লায়রোয় থুংনা তাইবঙ মী পোকপা, শিবগী থৌরম তম্বিত্রিবৈগী মমাঙদা মালেম (পৃথিবী) দা অচুম্বা, মিনম্বা য়াওদবা

মা-মাগী ধর্ম্ম লিচৎ শাজৎ কায়দনা চৎনরমই। লিচৎ শাজৎ কায়দবা অচুম্বগী মরমদি খঙলগা খঙই, খঙত্রগা খঙদে, উরগা উই, উত্রগা উদে, চারগা চায়, চাত্রগা চাদে, ঙমলগা ঙমগনি ঙমলোয় হায়রগা ঙমদে, হৈরগা হৈ; হৈত্রগা হৈদে হায়বা মরোং অসুম্না চৎনরমই, অসিবু অচুম্বা লিচৎ শাজৎ কৌইদো ইশানৌ ইবেম্মা, নঙগা, ঐগা অনিনা তাইবঙ মীদা শিবা. নাবা তম্বিরগা তাইবঙ মীনা ঐখোয় অনিনা তম্বিবা তাকপা লাইপাও. থোরমগী মরোং থবকী মশিনবু লোখিবা মতুংদদি অচুম্বা লীচৎ শাজৎ অসি নোংমা নোংমগী খরা খরা চঙশিন-লকনি, মতম অদুদগী হৌনা অচুম্ববু ঙানবা রায়েল পথাপ লিংলগনিদো। মালেমদা লৈরিবা লোল তিম্ববা তিম্নদবা মাগী মাগী কাঙলুপ নাইনা হৌজিক্কী মতমগী লোন্দা নিংথৌ পানবা হায়রিবা অদু হৌরনি।

নোংদমলেন লাইপাও চেনবীনা. মশানৌ লাইপাও চেনবদা হায়জরকই, ইশাবী ইবুংঙো নহাক্না হৈরাং নাহেচম্না নাবা অসিদা ননাও ঐনা লাইনিংথৌ তেক্সিক হপ্পিনববু কৌদুনা পানগী হিদাক, মুংগী হিদাক, লময়াই কায়দা য়েহিলং থাবনচিংবা পূম্নমক অসি থাউদু মুংদা ঈশিং চাইবগুম কনবা অমত্তা য়াওদ্রিবা অসিগী রাকম খরা তাকপিউ খঙজনীংই। ইশানৌ ইবেম্মা ঐহাক্না নাবদা কাম্নদবা হিদাক তৈবা, হিদাক থকপা, য়েহিলং থাবা পূম্নমক অসি কাম্নদবা অমত্তা য়াওবা নত্তে। হিদাক অমত্তনা অনাবা কবা ঙম্বা তাকনি। ইশানৌ ইবেম্মা

নাম্নিবা মী অতুগী খোয়রেন কৌবা মচাং লাল্লবদি হোৎনবগী কায়দে, হিদাকম্ন কায়বা লৈত্রেদে। ইবেম্মা, নঙনা ঐগী অতক য়ানা তুম্বা হিপ্পা নাইদনা হোৎনবা অসি কায়বা লৈত্রিবা অসিনি, মপুকনীদা চিংনবা ভৌগনু ইশানৌ ইবেম্মা।

## লাইপাও চেনবা লাইপাও চেনবী অমিনা হাঙ্গল্লুনা লৈবা লমদমগী বারোল

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা নোংদমলেন লাইপাও চেনবীদা হায়রকই। মুম্না তাও, ইশানৌ ইবেম্মা, ঐখোয় অনিমা মালেম পৃথিবীদা লৈরিবা লমদমদা শিনবা থুংনা লাইপাও চেনুরগা হঙ্গিল্লুনা লৈরিবা লমদম অসি নঙগা ঐগনা মুমিৎ থাদগী লাংওল্লুনা লাকপদা ইমা লৈমরেল তেস্রিক হঙ্গিনবীনা শামু থুঙেং পায়দুনা পুশিনবা ইমাগী শংগায় কাজুম মাপল শারিবা অসিগী মনুংদা নশাবী ঐনা থবায় য়াইবিরেল শিদবগা তাইবঙগী হকচাংগা তোঙামা থায়নগদৌবা লমদম অাসদি মালেম (পৃথিবী) পূন্নমক্তগী অথোয়বা লমগী ময়াই ওইবা মালেম (পৃথিবী) গী মনুংদা কা মাপল থোক্না থায়বা অসিগী ময়াই ওইবা লম অরাংবা ময়োল চরেংকী অরোইবা অনেম্বা ময়োল চরেংকী অহানবা ইরম তরেং, খোংলম চরেং শুনা লৈবা লমদম অসিদা অরাংবগী লাই কোটি কুম্ব্রাহমদোয়, অনেম্বগী কোটি কুম্ব্রাহমমোয়, কোটি হুম্ব্রতরুক্না লেঙদনা লৈবা লম, তাইবঙ মী ওইবনা অহানবা লৈবা লম (তাইবঙ মী হাম্নবা

পোকপা মকম ) হায়রবনি। ইশানৌ ইবেম্মা থক অমম্লুং থাগী লাই কোটি হুম্ফু ভরকী অমতা ওইনা পুনবা মিংথৈ হুপ কোয়. কোয় কোবা লাইনিংখৌ ঐহাক কোবনা লেঙদনা লৈবা শুগুনু কোবা লম অদো নঙ, ঐনা কমলিবা অসিনিদো। লমদম অসিগী মমিংদি মৈতৈ লাইরৈপাক হায়রিবা অচু অসিনি। ইশানৌ ইবেম্মা মুম্না তাও, ঐ কোবা লাগনিংখৌ হুপ কোয় কোয় কোনা মিংথোন্দুনা লেঙদনা লৈরিবা মৈতৈ লাইরৈপাক্কী হেনবা লাইরৈপাক অমা লৈরিবনি। ইশানৌ ইবেম্মা, লাইরৈপাক্কী হেনবা লাইরৈপাক্তি মালেম ( পৃথিবী ) দা লৈরিবা মাওইবগী ইমাগী তম্পাকী লাইরৈ-পাক্সা লাইরৈপাক পুম্নমক্কী হেনবা লাইরৈপাক্কি থঙউ ইবেম্মা।

## তাইবঙ মীনা নাবা, শিবগী থৌরম পরেং

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা হায়রকই—নোংদমলেন লাইপাও চেনবী মুম্না তাও—ইশানৌ ইবেম্মা নঙগা ঐগনা লৈরিবা লম হুপ. কোয়, কোয় কোবা লাইনিংথৌনা লেঙদনা লৈরিবা মৈতৈ লাইরৈপাক অসিদা লৈরিবা তাইবঙ অরাংবদা লৈবা, অনেম্বা লৈবা পুম্নমক অসি নাবা শিবগী থৌরমগী মরোং মায়দে। থৌরমগী মরোং মায়দবতা নঙনা থৌরমগী সুমিংস্থ মায়দবা লিচং শাগৎ চিঙাকতঙ মায়দবা মখল মখল লৈরিবনি। থৌরম মায়দবা মখল খুদিংমক্কী ইপা লাই, ইপু লাইনা মাগী মাগী পীরবা থৌরম মরোং সুমিং মশীংনচিংবা কায়দনা চংনরিবা তাকনি। ইশানৌ

ইবেম্মা, নহাক ঐহাক্না ওইরিবা লিচৎ শাকৎকী মবোৎ চৎনবোলগী অরুবা রাগী য়ারমবু হায়রগে মুম্না তাও, নশাবী নোংমলেন লাইপাও চেনবা ঐনা ইশাদা তেক্না লাইকোয় চণ্ডিক্ষৈদো (নাত্রিক্ষেদা) পোথাবা মকম অদুবু খমগুং লাইরেপাক কৌইদো (ফমুংবু হায়বনি)। নশাবী ঐনা অনাবা লাইকয়না পোথারিবা মফম অসিনা খোংগাং লাইরেপাক কৌবা অদু ঐনা হিপালিবা অসিনিদো ইবেম্মা। মশাবী ঐনা নোংমল্লগা (শিরগা) লম্বী কোইনা চৎকদবা লম্বীগী লমদাংদি খোংঙাক ইচিখেল, মকোয় মুংওনচাং, পল্লৌ, পলেম ভাইনকম, পারি মযোম ভাইনকম, শাবী শানৌ ভাইনকম, ভাইবঙ মীগী ফুংগা লাইরু কৌবা লাই রৈপাকপু, ইবেম্মা নশাবী ঐনা শিরবা মতমদা নশাবী ঐগী খোঙনা মাও থানা পুরগা ফুংগা লাইরুবু কোল্লগা খোংঙাকরেল, খোংঙাইবা অনিগী মায়কৈ তম্না পুরগা (হায়বদি খোংজিল লাল্লগা) মাংশোকী উখোং অনিগী মরক্তা (হায়বদি নাকথা লাল্লগা) য়ুমগী ডারী মথা ইচুম তাকম ইরম তরেৎ লাম্নকম খোংলম তরেৎ লাম্নকম মীরমরেন থাদোক্লগা লাইরমরেন ফংনা খোং কৌবা লাইরৈপাক্তা থৌরম তৌরগা মীরমরেল লাল্লগনিদো। (অতোপ্পা লোন্দা খণ্ডু খণ্ডনা বৈতরণী দান তৌবা হায়নরিবা অসিনি) ইশান্দো ইবেম্মা মুম্না তাও, খণ্ডগনি, মুম্না য়েংউ উগনিদো।

## লাইশোনবীগী কমজ্যাই খোংজেলনবী খোৎলম—

ইশানৌ ইবেম্মা, নশাবী ঐনা নোংমইগা লানশোনবী কোৎনা লমদমদা লৈরিঙৈগী মতাংদা লাইশোন ঊবৈ শকনিদো। তাইবঙ মীনা শিরগা শুমাঙদা খাঙলেনবা মকম অদুবু লানশোনবী কৌইদো, লানশোনবীগী লময়াইদা মোমুনা রায়ে পোথাকম অসিদা পম্মৌ কয়া, পলেম কয়া, মপারী মমোম শুনা চেংপোৎ মোনথাংনদুনা পোথাবা লম, খোইয়ুম লাই শুনা তিনবা লম, মীরমরেল শুনা তিমকম ওইবা পম্মৌ পলেম কৌনকম. পারি মমোম কৌনকম শাবি শানৌ কৌনকম ওইবা লানশোনবিগী লময়াইদা নশাবী ঐনা পূংজা থরা পোথাবা মকমদা লাঙগদবা খোরমগী মশিন্দি— কৌক্রু, থাংজিং রাংব্রেন, মাজিং লাই মরিনা পোথানবা শঙগী মখোঙ ওইনা লেপকদবনিদো। মখোঙ মরিগী অকোয়বদা কো-য়োদগী তারকপা কাব্রংগী ফিনা কোয়শিনগদবনি পোথানবা শঙগী মথক্তি চুমথাংনা কুপখিগদৌবনিদো। ইশানৌ ইবেম্মা, নশাবী ঐগী নোংময়বা তাইবঙগী হকচাং অসি মুমিৎ থানা ঊবা য়াদে ( মঙালনা য়ৈবা য়াদে ) ইবেম্মা, নশাবী ঐনা শঙগী মনুংদা পোথাবাদ ঐগী হকচাং অসি মালেম লৈদা তাবা য়াদেদো. অকায় অতোয় লৈতবা চংবির লাগী মথক্তা নশাবী ঐগী লৈরাং অমনবা অসি থমগদবনিদো. শিরবা হকচাং অসিনা মাল্লমদা তারবদি নবুথৌনা লৎনা খোং থিংথিগনিদো, মালেমদা তাদনবা চঙখোয়া শেম শাগদবনি, ইশানৌ ইবেম্মা। নশাবী ঐনা

লাইগী লোন্দা লাংশোমবীগী লময়াই হায়বসি মনুংগী য়াবে, পানগী বাদা তাইবঙ মীগী শুমাঙগী থাক্তেনকমদা পোথারিবো ময়মথংনবা কৈরোয় লৈকাইগী তাইবঙ মী কয়ানা লাক্লগা লাইশোল ঊশৈ শকনিদো, য়ুমলোন কৈরোমবা মরূপ মপিজানা নশাবী ঐগী শেংনা ইয়বা হি পুবগী ফি লাংগনিদো। ইশানৌ ইবেম্মা লাক্লিবা মীনা নশাবী ঐগী তাইবঙদা ওইরিবা হকচাংবু হাপ্পা চনবা কায়রেন কায়জাও ফজনা শাহনগদবনি হায়বদি ( কু ) শারিবা কায়রেন কায়জাও থক্তা মাইথা মরোল অহুম থারগা থারিবা মাইথগী মথক্তা শংব্রে কৌবা লৈরাংগী মোন অমা শেল্লগা থমগনিদো। খোঙবী অনিগী শেলগাও অনি, খুৎকী শেলগাও অনি খোয়দোগী শেলগাও অমগা, শেলগাও মঙা হাপকনিদো ইশানৌ ইবেম্মা। মথক্তা হায়খ্রিবা মাইথ মরোল অহুম থারগা কায়রেন কায়জাও থক্তা নশাবী ঐগী নোংমল্লবা হকচাং লৈরাং লৈমনবু থল্লগা ফৈজুপ মরোল অহুম্না নশাবী ঐগী হকচাংবু কুপকনিদো অতুগা নশাবী ঐগী মায়দা মায়থুম ফি কৌবা ফি অমনা অমুক কুপশিনগনিদো। শঙগী মনুংদা লৈপাক্তা থাংখাং অহুম থারগা নশাবী ঐবু হাপলিবা কায়রেন কায়জাও থমগনিদো ইশানৌ ইবেম্মা, কাউফদবা য়ারমনি।

## লময়াই ফায়দা মৈ থাক্কম ( পোৎলোইক্কম ) দা লাঙগদবা মরোং—

নোংদমলেম লাইপাও চেনবনা হায়রকই. নোংদমলেন লাইপা ও চেনবী ইবেম্মা, তাও, লময়াই কায়দা তৌগদবা অহানবা

থৌরম মতা মাম্নবা লম য়েংলগা লমগী মমল ওইনা মাশেম থক্তা তরেংকী শেল থাদগনি। শেল থাদবা লম অদুদা অমোংপা কাওবা পুন্নমক শেংদোক্লুনা লম অদু ফঙনা থম্লগা থমলিব! মকম অদুগী চুথেক মরিদা মায়কৈ ঙাকপা লাই মরিগী মশক ওইনা উয়ুং মরি য়ুংগনিদো। য়ুংলিবা উয়ুংগী মতোন্দগী মায়কৈ মরিদা শম্লক্লুনা ময়ায়দা ফিজং অঙৌবা অমা খনগনিদো; ফিজংগী ময়ায় চানা মায়কৈ অমদা উয়ুং মখোঙ অহুম মায়কৈ অমদসু উয়ুং মখোঙ অহুম য়ুংগনি। য়ুংলিবা মখোঙ অসিদি নবুধৌগী ভুথেক কায়দনা য়ুংগদবনি মখোঙ তরুকী মমিংদি অতেনবা; অশাংবা, অনেম্বা, অরাংবা, অকুপ্পা, অপোৌবা লাই তরুক্তা মখোঙ ওইবনিদো ইবেম্মা। শিংখল তরুক লৈপাক্তা থানা তরেংশুনা শেমগনিদো, শিংখল তরেংকা মমিংবু লাইগী লোন্দা খরাই কৌংদো। খরাই তরেংনা নবুধৌগী লৈরোং কায়দনা শেম্নগা থমগনিদো। ইশানৌ ইবেম্মা শিংখল তরেং হায়রিবা অসিদি পোৎশক্তি মথরাই য়াওদবা উনি। মতিক ময়াইদি পোকপা শিবা, য়োকপিবা লাইনি, লাইগী মিংথৈদি — ১। ইরাই ২। থাংজ ৩। নোংমাইজিং ৪। নিংথৌকাবা ৫। লৈপাকপোকপা ৬। য়ুম-শকৈশা ৭। শগোলশেন সুমিং চয়োল তরেং অসিগী তাইবঙ মীগী শিবদা মৈ থানবা শেমইবা শাগী মথৌ মশিন কায়দনা সুমিং চয়োল তরেংকা কোম্নবা লাইনা পুরিবনিদো ইবেম্মা। অচম্বা শীং নৎতেদো খঙউকো ইশানৌ ইবেম্মা।

## লমস্কাই কায়দা পুবগী থৌরমগী মরোং—

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা নোংদমলেন লাইপাও চেনবীদা হায়রকই, মুন্না তাও, ইবেম্মা, নশাবী ঐগী নোংমল্লবা (শিরবা) তাইবঙগী হকচাংবু, কায়রেন কায়জাওদা হাপ্তুনা লানশোনবীগী লময়াইদা পোথাব্রিবা লৈরাং অমনববু লময়াই কায়দা পুবগী মরোংদি লানশোনবীগী লময়াইদা নশাবী ঐনা পোথানবা শাব্রিবা শঙগী মখোঙ ওইব্রিবা লাই মব্রিনা নশাবী ঐগী মাঙ থানা পুগনিদো। মথংদা, পেনাগী লাইশোন ঈশৈ শক্লুনা লম্বী লমদাং কায়দনা লংলা তিংনা কবোক চাইনা কায়রেন কায়জাওথক্তা য়াইবিরেন লেঙদবা য়াংদৌ থেকপা, য়াংদৌ ভম্বা, চাকোক, হকচাং পুবগী য়াংদৌ লমথাগদবগী ময়েক্তী— য়া ছং, য়াং, হো, হা. শা. হায়রিবা মথক্তী ময়েক তরুক অসিনি লমথাবনি মুংগী রানে খঙউ, ইবেম্মা। য়াংদৌ লমথুং য়োরগা ইশানৌ ইবেম্মা নবুথোগী তুথেক লৈরোং কায়দনা শেম্লবা শিংখল তরেৎকী মথক্তা নশাবী ঐগী লৈরাং অমনববু কায়রেন কায়-জাওগা লোয়নরিবা তাইবঙগী হকচাং অসি ঐহাক কৌবা লাই-নি·থৌ-। লৈবা মায়কৈ মথারোমদা কোক মথা ওনবা মায়না মমাও ওন্না থমগদবনি, ইশানৌ ইবেম্মা কাউগনু। তাইবঙ রাথি মুন্দবশিংদা তোয়না তোয়না তাকপী ভম্বীগদবনিদো।

## তৈম পোৎলোয়বগী থৌরম—

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা নোংদমলেন লাইপাও চেনবীদা হায়রকই—মুন্না তাও, মৈদা পোৎলোয়বগী থৌরমগী

মরোং হায়রগে ইশানৌ ইবেম্মা। নশাবী ঐগী নোংমল্লবা (শিরবা) তাইবঙগী হকচাংবু নবুধোগী তুংথেক লৈরোং কায়দনা শেল্লবা শিংখলগী মথক্তা খরাইথক্তা লৈহাপ. লৈরোং লায়দা ক্ষৎপগুম থল্লবা তাইবঙ হকচাংবু ইশানৌ ইবেম্মা নঙনা নবুধৌ কংলা কঙ্কাল অরিবা তুবি মথেক লৈরোং কোনখ্রবা কংলা. কঙ্কাল লৈরোংগী কংলা মশুং মাপলগী মৈ তাংতুরেং, শংতুরেং, মৈতুরেংনচিংবা মৈ মাপলবু কৌরগা নশাবী ঐগী লৈরাং লৈমন ওইরবা তাইবঙগী হকচাংবু, খরাইথক্তা `লহাপুনা লৈরোং লায়দা ইশানৌ ইবেম্মা নঙনা পুকনিংদা অমকপা, চিংনবা লৈতনা; .নবুধৌ কংলা মশুং মাপলগী মৈ মাপন্দা লানথোকলে হায়রিবা থৌরম অসিবু তাইবঙ মী শিরগা মৈ থাদুনা তাইবঙ হকচাং তুমহল্লববু মৈ পোংলোয় কৌবনি। ইশানৌ ইবেম্মা নঙনা ঐনা হায়রিবা থৌরম অসি মতম খুদিংদা কাউদনা তাইবঙ মীদা তাকপিগদবনি।

## তাইবঙ মীনা শিরগা মুমিৎ তরুক্কিগী থৌরম—

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা নোংদমলেন লাইপাও চেনবীদা হায়রকই—মুম্না তাও, ইশানৌ ইবেম্মা, নঙগা, ঐগনা লৈরিবা মৈতৈ লাইরৈপাক কৌবা লমদম অসিগী তমদা লৈবা মীওইবনা চৎনগদবা লিচৎ শাক্ষৎ; থৌরমগী মরোং লাইশোনবা, মুমিৎ থাগী মশীং লৌনা থৌরম তৌবগী বারম হায়রগে ইবেম্মা, নশাবী ঐনা নোংমল্লগা (শিরগা) শিবা মুমিৎগী লৌদুনা শিংবুম মুমিৎ তরুক্কি শুবা মুমিত্তা লৈরাং লৈহন তমগনিদো।

শিবগী সুমিৎ তরক্লিগী লৈরাং লৈহুন তম্বা হায়রিবা থৌরম অসিদি নশাবী ঐনা নোংদম্লগা (শিরগা) লাই, মী পূম্নমকপু খঙনবা তৌবা থৌরম কৌইদো। ইশানৌ ইবেম্মা, সুমিৎ (১২) তরানিথোইশুবা সুমিৎতা থৌরম অমা তৌগনিদো। থৌরম অচুগী মিংথৈনা হৌজিক চৎনবা লোন্দা শোরাৎ কৌইদো। ইশানৌ ইবেম্মা নোংদমলেন লৈপাও চেনবী, মুম্মা তাও, মৈতৈ ম্না লাই-রেপাক্তা লৈরিবা মৈতৈ কাঙলুপকী থৌরম খুদিংদা য়াওব্রবা য়াত্রবা পোৎকী পোৎশক্তি— লাংথৈ, মপোপ তরেৎ, লৈ অঙাঙবা মনম সুংশিবা তরেৎ, হৈ মনম নাইবা অমা, ম্না চনিং অমা, লুপা চনিং অমা, হৈরুক, পানা, খোয়রু থাউমৈ অমা য়াওগনি। তরক্লিগী লৈরাং লৈহুন তম্বদা লৈ হাপকদবদি থরাক য়াইবিরেন শিদবগী মশক হুইবা খুৎলাক খুনমলোন কৌবা লাইরিকপু মাগী, মাগী মেকী, মচুগী ফি ফজবগী মৎস্তা থম্লগা, থম্লিবা লাইরিকী মৎক্তা লৈরাং হাপকনিদো। ইশানৌ ইবেম্মা, নশাবী ঐনা হায়রিবা থারম পূম্বু নহাক্না কাউদনা তাইবঙ মীওইবশিংদা তম্বীগদবনিদো।

শিবগী সুমিৎ তরানিথোইনিগী থৌরম—

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা হায়রকই, মুম্মা তাও, ইশানৌ ইবেম্মা। নশাবী ঐনা শিবা সুমিৎতগী শিংবুম সুমিৎ তরানিথোইনি শুবদা তৌগদবা থৌরমগী থারম লাওগদবা পোৎলম হায়গে। থবক তৌগদবা পোৎকী পোৎলম লাওগদবনি, লাইমি কমদোন চাত্তরা হুম্ফু মাথোইনা শীন লাওগনিদো। ইশানৌ ইবেম্মা, নশাবী

ঐগী মুমিৎ তরানিথোইনি শুবা মুমিত্তা তৌগদবা শোরাংকী মকমদি ইবেম্মা নঙগা ঐগনা হৌজিকমক লেঙদনা লৈরিবা ইমাগী শুমাঙ মথৌবুং লাইশুনা লৈবা লম, মীরমলেন শুনা তিন্নফম ওইরিবা লমদম অসিগী মিংনা লাইগী লোম্পা মপু খঙবা পুথি- কৌবা, তাইবঙ মীগী লোন্দা মাগুব কৌশ মকম অসিগী ময়ায়দা। ফিজং মরোল মাপল খনগদবনি, ইবেম্মা ফিজং মরোল মাপলগী মচুদি অঙাঙবা মরোল অহুম, অঙৌবা মচুগী মরোল অহুম, অমুবা মচুগী মরোল অহুম ওইগনিদো। হায়রিবা অসিবু ফিজং মরোল মাপল কৌইদো ইশানৌ ইবেম্মা। মথক্তা খল্লিবা ফিজং অদুগী ময়ায়দা ইশানৌ ইবেম্মা অহানবা মকোক্না ইরম্বা লাইরিক মালেম শেম্বগী য়ারম থুবাক, থুনম কৌবা তাইবঙপানবগী মপু থরাই য়াইবিরেল শিদবগা তোঙাম্রবা লাইরিকপু ময়ায়দা থারিবা কাত্রং ফিগী মথক্তা থমগদবনি। ইশানৌ ইবেম্মা থমলিবা লাইরিক অদুগী মায়কৈ মরিদা মরিল হোবা মতাং পানবা পোংশকী মতাং তরেৎ শাংনা কক্লগা মথোঙ মরিনা তুথেক লৈরোং চুম্বা য়ুংগনিদো। য়ুংলিবা মথোঙ অদুগী মথক্তা ঈশিং হাপ্পা চক্ অমমম খিনগনিদো। য়ুংলিবা মথোঙ মরিগী মায়কৈ মরিদা লাইরমলেনগী কায়দনা অথেনপোৎ তরানিথোই থেন্দুনা থমগনিদো। অথেনপোৎ তরানিথোই অসি নঙবা অথেনপোৎ অহুম অমম্থু লাওগনিদো। অতোপ্পা অথেনপোৎ অহুম অদুদি মুংশিংকী অমা, ঈশিংগী অমা, মৈগী অমনিদো। ফিজংগী ময়ায়দা থল্লিবা থুবাক, থুনমলোন কৌবা থরাই য়াইবিরেল

শিদবগী মশক ওইবা লাইরিকী মাণ্ডদা হৈরুক, পানা, ফজবা মনম সুংশিবা লৈ থেনগৎতুনা থমগনি। থোইরু থাউমৈ থানগনিদো, হায়রিবা পোৎলম অসি লাওন্থনা শেন্বা শাবা লোইরগা থরায় য়াবিরেল শিদবগী মশক ওইবা লাইরিক্তা, শিরিবা তাইবঙ মী অদুগী য়াইফনবা লৈ ফজবা হাপকনিদো ইশানৌ ইবেম্মা। লাইলোন্দা মপু থঙবা পুথি, মীরোন্দা মাগুব হায়রিবা অসিগী মথাথংবা মায়কৈগী মনিংথ বা চুথেক্তা তৌগদবা থৌরমগী লাওগদবা, তাইবঙপানবদা লৈরিবা মীওইবগী ওইবা লেঙদনা লৈহৌরগদবা লিচৎ শাজংকী মায়বা, মায়দবা থায়রগনিদো। ইশানৌ ইবেম্মা ঐগা, নঙগনা লৈরিবা মৈতৈ স্না লাইরৈপাক্তা লৈবা তাইবঙ মীওইবা 'তম্পাক্তা লৈরিবা অসিদি নশাবী ঐনা হায়খ্রিবা থৌরম অসি অয়াম্বনা চংনগনিদো, ইশানৌ ইবেম্মা। মথা থংবগী মনিংথংবা চুথেক্তা মুমিৎ তয়ান্নিথোইগী থৌরম (শোরাৎ) মুমিৎকী পোৎকী পোৎচঙ শিরি শিরিবা মী মহাক অদুগী পোকপা মুমিত্তগী থিরগা শোরাৎ মুমিৎ ফাওবগী পোৎলম, ইরাই মুমিৎতা পোকপা মীনা থাংজ মুমিত্তা শোরাৎ তারবদি, হৈরুক অনি, পানা অনি, থোইরু থাউমৈ অনি থানবা, ফজবা য়েকী মচুগী কি অমা, লৈ ফজবা থরা, অয়ুম্বা নোংমাইকিং মুমিত্তা ওইরবদি—হৈরুক অহুম, পানা অহুম, থাউমৈ অহুম, নিংথৌকাবদা ওইরগা—হৈরুক মরি, পানা মরি, থাউমৈ মরি লাওগনি, লৈপাকপোকপদা ওইরগা—হৈরুক মঙা, পানা মঙা, থাউমৈ মঙা লাওগনিদো। য়ুমশকৈশদা ওইরগা—হৈরুক তরুক, পানা

তরুক, থাউমৈ তরুক লাওগনিদো। শগোলশেল সুমিত্তা ওইরগা— হৈরুক তরেৎ, পানা তরেৎ, থাউমৈ তরেৎ লাওলগা মথক্তা হায়রিবা সুমিৎ তরানিথোইগী শোরাৎকী সুমিত্তা লাইশোন থোরমগী মপু ওই রিবা লাইদা থৌনিগনিদো। হায়রিবা লাই অসিগী মিংথৈদি য়াইহিরেল অথোইবা য়াংদৌ থেকপা, য়াংদৌ ভুবা, চকোক হকচাং খায়দদা লাইশোয়া পাউতম্না তাকনিদো। ইশানৌ ইবেম্মা হায়রিবা লাই অসিদা হাম্না ভাক্তনা লাইশোন ঈশৈ হৌবা য়ারোইদো। ইশানৌ ইবেম্মা, ঐনা হায়রিবা ইশানৌ নংঙোন্মা তাব্রিবা লিচৎ শাজৎ থৌরম পুম্নমক অসি সুম্হৎনা, খানা, মমত্রিবা ফাওবা চৎনরগদবা থৌরমগী মশিংদো। কাউগনু ইবেম্মা।

## তরানিথোইনি অনগী থৌরম (শোরাৎ) কী লাইশোন ঈশৈ হৌনগী মতোং

নোংদমলেন লাইপাও চেনবনা হায়রকই, মুম্না তাও নোংদমলেন লাইপাও চেনবী ইবেম্মা নওনা নশাগী ঐগী দমকনি হায়দুনা ঐনা নোংমল্লবা (শিবা) সুমিত্তগী লৌরগা তরানিথোইনি শুবা সুমিত্তা তৌবা থৌরম (শোরাৎ) লাইশোন ঈশৈ হৌগদবা ময়েক্তি—হো য়ো, শো, হং হা, অদো, শ্রীঅদো, তরদো ময়েক নিপালনা হৌরগা, লাই, মী, শা, উচেক, বাহি, মোমুক্রিংবা থরাই পানবা পুম্নমকী পোক্না পুং, খাবুং, পেলবুং অহন্না অমত্তা ওইবা পোৎশক মীরোলদা পেনা কৌবা খুৎলাই, মুংশিৎ,

ঊশিং ... কোরৌ. মালেম মতাগী মখোল থোকফম ওইরিবা পেনাগা, শূং শেল, শরিক, মোইবুং মরিগা পোয়ননা মালেম ভাইবতপানবগী থবায় য়াইবিরেল শিদবগী দমক পেনানা লাইশোন ঊশে শকদবনিদো, ইশানৌ ইবেম্মা। শকদৌরিবা লাইশোন ঊশেদি ইশানৌ ইবেম্মা নশাবী ঐনা কৈরাং নাহে চন্দুনা নাবদগী মথং মথং শকপনা লময়ায় কায়দা মবুখৌ কংনা মশুং মাপলগী মৈদা নশাবী ঐগী নোংমল্লবা, (শিরবা) ভাইবত হকচাংবু নপুক্লিংদা চিংনবা লৈতনা লাম্হোকখিবা কাওবা অসিনা শিগুম লশী কৌবনিদো। হায়খি্রবা অসিনা মীরমলেন কৌই। নোংগা লশীগী বারম হায়রগে। মুম্মা ভাও ইশাবী ইবেম্মা নোংমল্লবা মুমিত্তগী লোয়গা ভরুকনি শুবা মুমিত্তা লৈরাং লৈহন তল্লিবা, মুমিৎ তয়ানিথোইনিশুবা মুমিত্তা তৌরিবা থোরম শোরাৎ কাওবা অসিনা লাইরমলেন লাইরেল কিয়ান য়াই লাইরৈপাক্তা থবাই য়াইবিরেন শিদবনা থবায়গী লৈকমদা ভিনখিবা কাওবা লাই-শোন ঊশে শকদবনি, লাইশোন ঊশে শকইবা শোনলিবা অসিগী বারমদি ইশানৌ ইবেম্মা, শিখি্রবা মী অদুগা তৎনবা, থানদনা ভাইবতগী হকচাংগা লোয়ননা লৈরবা থবাই য়াইবিরেল শিদবগী য়াইফনবা শকপা লাই শোনবনিদো, ইশানৌ ইবেম্মা। শোয়াৎকী লাইশোন ঊশেদি লোইশিনবদি হং, হং, হং, ময়েক অহল্লা লাইশোনলকপদা মপু থওবা পুখি্র হায়বদি কাওবকী মঙ্গোং পাংবদা ককপা নক্রগা লোথোক্লনা লশী অমা থমগদবনি, মথক্তা হায়রিবা ময়েক অহমগী লাইশোন লোইবগা,

অনেম্বা বাখল পূম্নমক মিকুপকী মতুংদা ওমইবা অসিবু বাকোলদা কাম্না লিকাম্না কৌবনি। বাকোল তলওই, ওই হায়র্বদি থবাই য়াইবিরেল শীদবনা নীংবগী মতুংইম্না থবায়না ওইনীংবা ওইবা ওম্বরু হায়বনি। চীংদগী বাকোলনা তমদা পাইগে মহায়দো। হায়রিবা অসিগী মীয়োম্দি—থবায় য়াইবিরেল শিদবনা অরাংবা অচাউরমগী বাথলতদা থল্লবম্র, অনেম্বা বাখল থন্দবা য়াদে হায়বনি। তমদগী বাকোলনা চীংদা পাংগে মহায়দো হায়রিবা অসিগী মীয়োম্দদি থবায় য়াইবিরেন শিদবনা অনেম্বা হম্বা বাখলতদা থল্লবম্র অরাংবা বাখল থনবা য়াউত্রবদি থবক পূম্নমক ওমলোই হায়বা বাহৈনিদো ইশানৌ ইবেম্মা। লাইগী লোন্দা বাকোল কৌবা তাইবঙ মীগী লোন্দা থবায় য়াইবিরেল শিদবগী লৈফম কৌনরিবা অসিদি কোয়ৌ মালেম. মথক. মখাদা লৈরিবা অচৎপা, চত্তবা. লেংলি পাল্লিবা পূম্নমকী ওইবা থবায় য়াইবিরেল শিদবগী মকমনি। ইশানৌ ইবেম্মা নঙদম্র; ঐদম্র হৌজিকমক লেঙদনা লৈরিবনি। থবায় ওইবা লাংবু লৈত্রবদি মালেম ( পৃথিবী ) দা লৈরিবা অচৎ-চত্তা পূম্নমক কংলগদবনিদো, ইশানৌ ইবেম্মা নোংদমরেন লাইপাও চেনবী, নশাবী ঐনা হায়-রিবা থৌরমগী বারম পূম্নমক অসি সুমিৎ. থানা মুত্রিমথৈ মালেম ( পৃথিবী ) দা লেঙদনা লৈগদবা থৌরমগী বারম পূম্নমক অসি ইশানৌ ইবেম্মা নঙনা তাইবঙ মীওইবশিংদা থঙনবা, কাউবা লৈতরবা হম্না হম্না তাকপিদুনা তম্বীগদবনিদো। লাইশোন্দি, স্না য়াউনিংথৌ, য়াই, মচিক তশংবনু মতম পূম্নমক্তা শোনগদবনি, ইশানৌ ইবেম্মা কাউগনু।

মতাং অসদা তাইবঙ মী শন্দোকপা ( পোকপা ) শিবগী থৌরম পরেং লোইজরে।

---